ফোংদোকপা—

কোমলাম্বা রাজকুমারী

মোইরাংখোম ইম্ফাল।

অহানবা নম্বা—১৯৮৫ ইং

কপী—৬০০




মমল—লুপা ২৫.০০

ফংফম— ১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল

২। রাইটার্স বুক ষ্টোর, পাওনা বাজার ইম্ফাল।

নম্ফম :— আর বি প্রিন্টিং হাউস

নাগা মপাল, ইম্ফাল।

# খুদোল তমজবা

খুৎ-পায়ন শৈরেং ইবা তম্বীথিবা
মতম পুম্ব' নীংশিংছুনভা লৈরিবা
৺বারুণীকুমার এলাংবমগী খুত্তা
তমজরি খুদোল ননাওগী
"পোমশাংনবী"
লমথওদ্রবা মালঙ লাম্থোক্কুনা
লৌবীয়ুকো খুথেংননা।

ননাও
সোনামণি।

# ৱাহৌদোক

স্কুলগী অরোইবা পরিক্ষা—মেত্রিক পরিক্ষা পাশ্রবা তুং কলেজ কাম্রিদৈ মরক্তা ইংরেজি Sonnet খব পাকবদগী মণিপুরী লোন্দা Sonnet হায়বদি পরেং ১৪ না শাবা অপিকপা শৈরেং খব ইবা হৌখি। অসিগুম্বা অপিকপা শৈরেং মচাশিং ইং ১৯৪৯ দা "ৱাখল শৈরেং" হায়বা শৈরেং লৈচন অদুদা ফোঙখি।

অসুম্না মরক মরক্তা শৈরেং মচা Sonnet খর খর ইখি। থোইদোক্না AIR গী Literary Programme অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদগী কবি সম্মীলনীদা মরক মরক্তা শৈরেং মচা Sonnet পাথোকখি। মণিপুরগী মফম খব অশুম চৎলুবা য়েংলুবা মতম মতমদা পুক্নীং ফোঙলকপা শৈরেং মচাশিংসি পুনশিন্দুনা "পোমশাং-নবীদা" ফোঙজরে। পোমশাংনবীদা হাঙবিবা শৈরেং তরেৎথক্তি হায়না ইং ১৯৮০ দা ফোঙখিবা এগী শৈরেংগী লাইরিক "অন-থোক্লবদা" হায়না যাগদ্রে।

পোমশাংনবীগী অপীকপা শৈরেং সোনেটশিং অসি য়েংবীদুনা মিকুপ অমত্তং মণিপুরী সাহিত্য লুংশিবিবশিংনা ৱাখল খিংজিনবীবা মতমদা ঐগী হোৎনজমন মহৈ য়াম্লে খঙ্গগনি।

মোইবাংখোম লোক্লাউবু
ইম্ফাল—নবেম্বর ১৯৮৫ ই

সোনামণি এলাংবম

# য়াওরিবা

## অহানবা শরুক



## অনিশুবা শরুক

অহুমশুবা শরুক



মরি শুবা শরুক

১

# চেকশিন্না থম্মু চান্নবী

মাঙখিনি তাখিনি চেকশিল্লু
চেকশিন্না থম্মু চান্নবী !

হুংশি খুদোল ফজবদো
ঐগী থম্মোই অপিখক্লো
চেকশিন্না থম্মু চান্নবী ।

পুনসিশিগী অমত্তা ঙায়রবা
অবোয়বা খুদোলনি হুংশিগী ;

কাওঙমদ্রবা আশানি,
লেঙদ্রবা ঐগী থ্বাশকনি
মাঙখিনি তাখিনি চেকশিল্লু ।

আশা কয়া লোয়ননা থ্বাখল চঙনা শেমগ্রবা
হুংশি খুদোলনি নহাক্কী ঐগী অমত্তা ঙায়জরবা,

নঙগী ঐগী অদ্ভুতনি
চেকশিন্না থম্মু চান্নবী ॥

ইন্দ্রাল
জান্থয়ারী ১৯৬২ ইং

২

# কদায়দা লৈখ্রে

অরোয়বা মিংকুপ ফাওবা পুনাসিগী
সুংশিজনি নহাকপু চান্নবী।
নামিবা লিরি হুমলকলে
মুরানা কাইদ চংলকলে।
খোঙথাঙ খুদীং মিংয়েং খুদীং
পাখং থম্মোই তীং তীং চোং
করম্না কাউরসিগে
ইশানৌ নঙবু চান্নবী ?

থাপতরু। উজৈ খোইখোইনা
চিনবান্না লেঙখিবা
য়ৌভনীংবা খোন্থাংনা
মুরানাক্তী হেঁখরে
নহাক্কী খোন্থাংদি
কদায়দা লৈখ্রে চান্নবী।

ইম্ফাল
অক্টোবর ১৯৬২ ই

৩

# থৱাইনা পামজবা

লৈরাংনা লৈকা ফন্না শাৎকায়বনা
খোইমু গানা ইনবনি ;
মাপত শউম থেংলুবনা
লৈনম্না লৈকোন ছিনবনি ।
অঙাঙ অপক্ অশংবা অঙৌ অমু মেমান্‌বা
অশংবা উনারক্তা থৱানমিচাক্ পরেংনে
মিংথকপা, কঙাওনবা খ্বাংজেংবা
খনঙমদ্রে থিঙম্‌দ্রে থৱাইনা পামজবা লৈরাংদো

লৈনম্না ঙাওবে লম মাঙনবে লৈকোন্দা
খুৎলাম তোয়না কৌবরা কদাইদনো নহাকপু
মিংয়েং কারন ৱাংম-লান ৱাইথুংলুরে পামদ-নাক্তা
কঙাওননা লেনবনা ওইরদরা পুনসি লাইপু
কদাইদনো নহাকপু থৱানলক্কী থাজ ও
উৎপীবো কঙাওনরঙোন্দা উনারক্তেই থোরক্লো ।

ৱোমক—
সেপ্টেম্বর ১৯৬৩ ই·

## ৪

# কনাগীনো ঐহাক অসে

নখোঙ শোক্লা হায়জরুবা
ফিগাও শানা য়াজরুবা
থৌঙইবীদ্রে থৌশাবীদ্রে ।

শাংলবা চীঙলম্বী লান্দুনা
ভুরেল কয়া উমং কয়া শমন্থনা
ফংঙমদনা ফংলবা
করিগী চানবীদবগে
হায়জৈ হায়না তৌবরা ?

ঙইন-চাউবী ! নত্তীক খঙই ঐনা
করিগী য়ারোবগে অহুক থুনা
কাউরববনে নহাকপু ঙইন-চাওবী
কনাগীনো ঐহাক অসে য়ারো চাওবী
পীথোকথ্রবা থম্মোইনি ঐগীদি
লৌঙম্নরোই হন্ন-মক্তা খঙদনবনে চান্নবী ।

রোমকু
১৯৬৩ ইং

৫

# উরুবদা মায়থোং মাগী

করিগীনো হে কান্নদ্রবা মাগী খাখলনা
শুংলরিবা ঐগী থম্মোই হন্না হন্না !
খনগ্রবনি লূপগ্রসন্নু নোয়োক্কী মন্নবা লোক্তুংদা
নীংগ্রবনি তিনগ্রসন্নু অকাউবা ঈপাক্তা।

উরুবদা মায়থোং মাগী নোহোননা নৈররে ;
কান্নদ্রবা মাগী খাখলনা ওইরম্রোইদবা ।
থাজবা খাংলবা খাকংনা পূমধন থল্লরে
মেনশিল্লসিরা ঐগী নাকোংসে পঙলবা।

খলহল্লে হন্না অওইবা থম্মোইগী অশেংবা পাউনিংখোল্লা ?
অহোংবা তাইবঙদা লেঙদবা লৈবরা ?
তন্নুচো মালঙবা থম্মোইগী খাদি থম্মোইদা।
কোযনা চংপা পাউদম্না য়োবীরুচো মনাক্তা।
মৈরাম্না কোয়রবা মুংলিবা মৈরি ঐহাক্কী
মকারাম্লে খোন্না চাক্লে উরুবদা মায়থোং মাগী ।।

ইম্ফাল
১৯৬৪ ইং

৬

# খল্লুরে ঐসে নহাক্কীনি

খল্লুরে ঐসে নহাক্কীনি
পীক্কা মনম ছাল্লবী
লৌনম চাউবী শকহেনবী
লৈনম্না হা-ৱবা লৈকোন্দা
লোংলিবী নওবু উনারক্তা
খিজরুবা মিপাইনা
তিংখংনা খল্লে তুম্বৌনা য়ুরে
খম্মোই কায়রে ওনিকলে।

কদায়দনো নহাকপু হে চম্পা
চিনি চম্পা! খম্মোই খোয়রাংহনবী
খোইখোয়বা খম্মোইনা, কোচি তৌহুনা ঐগী
খম্মোই ফং-খরে লেঙবা য়াদনা
থুক্রুরে ঐসে লৌনম লাংদা
করি মুংগী খল্লুরে ঐসে নহাক্কীনি।

ইম্ফাল
১৯৬৪ ইং

৭

# কাওথোকপীরগেরা

নোংমা মেরাগী অহিংদা
থাজনা রাংনা পীক্লা থোক্লিদৈ
লেপ্লুই নঙগী থরায় থোঙ্গান্দা
চিংন-পরৈ হুক্লিদৈ

উজগদ্রা মায়থোংদো
নোংচুপ চীংখাও য়োথরে
থাবলনা রাথোঙ লোল্লক্লেদো
চেক্লা মুবী কাক্কী য়াকায থোঙ্জেল নিল্লক্রে

মঙ্গলার্তি শরিক খীংলিদৈ
মালতী কুঞ্জ ময়াযদা
কথোকচরে থরায়-হকচাং 'ঙোন্দা
লৌশিননীথরে মহাক্লা কংনবিদনা

হৌজিক অযুব য়েন্দা ঙঙনবদা
কাওথোকপীরগেরা হুংশিদৈওব ॥

চন্দ্র।
১৯৮৫ ।

৮

# থাগোই

কাইদ হুমলি মালঙনা অহিং ঈচিক হুনবদা
থোংজিন নাতৈ কাঙলবী থাগোই য়েংনা পাউমেঙৈ।
মালঙপানসে নহাক্কী ঐগী থম্মোই হুবনে
তাইবঙ থম্মা ঙাল্লিবী পীক্লা-ৱাংনা লৈবদা
পাখঙ তিল্লাং থয়োংন—মুৱা পুক্কীং হুনরৈ
পামজক্কুরে থম্মোইদো ঐগী থৱায় ওইবনে
অমৃতনা থল্লবী, খোম্মিৎ কাবী নহাক্কী
তিংথোকচরে ইখুৎসে অমৃত খুজোক য়াজরি।

মালঙ শঙউম থেংলবা, থম্মোই ইরাং হৌরক্লে
'মুবা লৈচিন লোইনবা কল্লকচাওবা খঙ্গোনবা
থোংপাক পৌরোন থাখরে থাগোই মায়থোং খুমখরে
ঈথৌ লাংবদা ঙায়হৌরে থুংখিদরে নীংজ-আশা
"থাগোই থাগোই" শোন্দুনা পাখঙ ঙাওচৎনখরে
মালঙ-কাইদ-হুম্লবা ঈচিক হুনবা অহিংদা।

ইম্ফাল

আগষ্ট ১৯৬৫ ইং

৯

# নীংবা কায়বদি ঐহাক্‌কী

থবায়গী মখুঙো চান্নখোইবা
ৱবম্বা নুমিত্তা নহাক্‌কী খোজাল
শেমজরুবা পামজনা
লৈমন চনখ্রদব্রা অরেম্বদা ?
আশাগী পরেংদি নাইদে অরোইবা
লৈরাং খুদীং নঙগী মঙলান
মঙজরুবা নঙগী আশানা থম্না
থল্লগদবা নীংবা কায়বনা থম্মোইদা।

সুংশি শিঙেলগ লৈনম ছল্লবী
নঙগী মিৎচি লাংদা থুরুরবা ঐহারা
নহাক্‌কী চান্ন মিৎযেং নত্তনা মিৎচানবী
কদাইদা ৱবম্না নাম্মোক্কনি করিনা
নীংবা কাযবদি ঐহাক্‌কী, নহাক্কা।দ কৈদগী
লমজাউ লম্মি থম্মোই ছল্লে ছবা চন্না।

ইম্ফাল
১৯৬৫ ই॰

১০

# মুরা নতুং ইঞ্জরি

হে ফজবী নীংথিবী ! থম্মোই ঐগী হুরিবী
শাংকায়রবা লৈবাংও খোইমু কয়া ইল্লিবী
ঐস নতুং ইঞ্জরি ময়ামলক্তা য়াওদুনা
হায়নৈ নঙসে মিহৌই তিল্লা খযোংনা –

হো ইল্লিবা ! ময়ামলক্তা য়াওলিবা
থবু মীনা পাম্বসে তরৎ তরৎ পাম্বা
মিহৈদুনা ইনবনা নঙস্তু মখোয়গী না
লাইরেন মতুং ভা-ইন্বা নঙস্থু পানজরুবরা ?

হে ফজবী নীংথিবী ; থম্মোই ঐগী হুরিবী
তরং তরৎ পামলিবী মখোয়গুম্ব। নঙ্গকো
ভারোয বার হঙোইচোং পাখঙ লাইবক চাওবনি
মুরা ফিগৈ শেংলম্মু পাখঙ চনীং ত্যাগেকো।

হে ফজবী নীংথিবী থম্মোই ঐগী হুরিবী
খোঙনা থাংবা ভমলথৈ মুরা নতুং ইঞ্জরি

কমেংলোং

মে ১৯৬৮ ই°

## ১১

# শংবানবী

পুক্নীং লৈকোনগী শংবানবী শিঙেল
অবাংবা লাইরৈবাক্কী ফজবী লৈতেং
ত্রেকথরেনে আকাশ কৈরাক ননাক য়োনবা
ইনগুমদ্রেনে হৈনা নতুং ঐহাক্কা পামজবা।

মঙলানচান্দা ঐহাক্কী লাইবক থীনা
তাইবঙ নাঙ্গোল থাংমা লাম্না
লৈরাং খুৎনা হেকচনীংবা
নুংশি লৈনম্না ঙাওরবনি হাম্না

লমমাংঙলবা তাইবং মরু লমদা
করিগী অমুক লমডিংবগে থারোচাওবা
অনাউবা সংসার থাংম-লাম্না
চিংখাইনবা তাইশিন্দ্রিবা থম্মোই।

থানা থানা পুনসি লেনবনা
নহাক্কী নুঙাইবরনে শংবানবী ঐগী।

ত্রমেংলোং

মে ১৯৬৬ ই:

১২

# লাংতক্লবা

শেমজয়ে লৈগী শয্যা লেঙবীরকলো থরায়গী থরায় ।

হাঙলবা কুঞ্জবনসিনা তত্তনা ওৎলরে থম্মোই য়াওদবা ।

দয়া থাপ্পা লৈরিবগে নঙবু হে থম্মোইগী থম্মোই

মায়গৈ তরা য়েংজরি থম্মোই কায়না কৌজরি,

সমদনথ্রবগে কদায়দা হে থম্মোই য়াওদবা !

নুংশিংনা থেংবা উনানা লেঙ লেঙ চৎপা মায়কৈদা পাম্মুবা

নহাক লাকপরা তথক তথক য়েংজরি

কদায়দ লৈথ্রবগে নহাকপু হে মুজা থম্মোই মীওৎপা ।

নুংশিবী করম কাওসিগে ঐনা নঙবু নুংশিবী

থম্মোই ঐগী রামৈ চাকলে নঙগী রাথলনা থল্লে

নঙগী রাথল মঙগ্রেম্না মাঙহনথরে বনগী লম্বী

তিংথংনা থিল্লে তুম্বৌনা য়ুরে শেগায়রে ঐগী নমথাং ঐহাক্কী

লমমাঙনরে—

করম্মা য়ৌ সিগে ঐবু নহাক্কী ননাক্তা ঐগী নুংশিরবী

রাথলনা নঙবু থকঙানা চিনবান খোয়রুম চুপচবা অসিতা

মঙায়রে ঐগীদি ।

ছমেংলোং

সেপ্টেম্বর ১৯৬৬ ইং

১৩

# মঙগ্রেম্নবা

অরেম্বদা ৱারুরবা ঐগী ৱাখল মন্দুনা
লৌনম চাওবী নঙগীদমক ঐগী থম্মোই কংদুনা,
নহাক থক্কীদমক্তা ইকাইবা কয়া নংখরে
লঙন ৱাহৈ কয়ানা লৈবাক ছয়া ছনখরে
য়াঙবীথক্কী তাউবা ছুয় কঙাউনর' ঐহাক্তা
লমজাও শোরোক থম্ন-চং কদায়দনো শোন্নবা
নাকোং শীংজা য়ৈথিবা করম হায়না কাউগবা
ঐগী নহাক উদনা লেনসিগে থম্মোই কায়না।

লাক্লে ঐগী মন্তা মথং-মথং শশি শান্তি
মেমা-ইবেমহল সরোজিনী নলিনী
সনাহনবী সনাতোম্বী থাপ্লগা শেংনা উরবা
করম্বা মিংস্লানো মিংথরু' মিত্রংলা
উবতমক ওইরমলে অওইবদি ওইরমদ্রে
ভাল্লবা তুংথিল পোবোপ্তা পাঙনা-পাঙনা মঙলমলে

তমেংলোং
সেপ্টেম্বর ১৯৬৬ ইং

১৪

# থাবল ইপোম লৈরাং

ঈনোং কারকলে তাংথক নাইদ্রবা থাবল লক্কা
ঈরোয়ননা থাবল ইপোম তাউথজরি কৌশীংলক্কা
লৈরাংদো তাইবঙকোনগী মুরৈনরবা আকাশ ফাওনা
হায়নর্বানি মীপূম খুদীং মিংথকপী লৈরাংনি কোয়রাওনবী

তাম্নকুন্দা লোক্কে হায়না মতম নাইদনা শাংলিবী লৈরাংবা
তাউথরিবী থাবল ইচেলদা
ইরাক্লবেদো খোইমু কয়া থ্বাংজেংবা ঈথক-ইপোম্না থেংবদা
শাগল তুফাং হিকথনা গতি লৈত চেপ্তরি ইচেলনা
উরুবদা নোক্কে খুবাক খুনা,—হুংশিনা য়েংবী কনানা।

লৌনমচাউবী থাবল-ইপোম্না য়োমলিবী লৈরাংদো তাইবঙকোনগী
পারিজাৎ লৈরাংলা লৈমন চন্নাইদ্রবী
নত্রগা থাবল ইপোম অমৃতনা তেকথৎহল্লবী মুরৈনরবী
.? ইমু কয়াগী মোংফম ঈরাক্লফম শেন্নস্ববা মপুনা অচৌবা

থাবল-ইপোম অমৃত লক্কা লৈনম চন্নাইদ্রবী লৈপা নি 'তাইবঙকোনগী
ইন্দ্র-ব য় সোবাবেন কয়া হোংগ্রে, লৈহৌবী শটিতদি লৈমন চন্নাইদ্রবী

ভুবেংলোং
মে ১৯৬৭ ইং

১৫

# মায়থীবা

অরেম্বা খোঙচংনি ঙসিগীসে
মীমাঙ ফম্নবা চংপনে
থুলাম তোয়না কৌবদি
ওইরমলেনে লৌনম লাং
আশানা থম্না লাকপনে
অদুবু ওইরমলে মঙগী স্নরিক পরেং
কাউরুরেদো ঐহাক্তি
নুংশিংপু লাংদা থুবরা ?

ফারুরবা চেক্লাচা নাম্থোকখরে খুড়্গী
পাইখরে লৈচিল-লক্তা থম্মোই'তিয়া ফাওনা
রানা পাম্না নোমজবা
তোক্লেদো মপান্তা শাদুনা
নীংজবা মচৈই য়ান্দরে
য়াম্নবা মতম লৈতরে।

ইম্ফাল
জনুৱারী ১৯৭৪ ইং

১৬

# কপ্লোকপা

মমল য়াওদ্রবা হকচাংসে
মমল নাইদ্রবা নঙোন্দা
কপ্লোকচরে ঙসিদি।
ঐগী নীংবা থুংনবা
নঙগী আশা থুগাইরে
য়ারৌগম্নু কৈদোগে ?
সংসার অসি কাউরগে
মিকুপ'মগী মীনোক্তা
নঙগী য়াখলদা লূপচবি
য়াখলগী মঙলান মুঙাইবা
ভাবকী দলান শাজবে
লেঙশিল্লুবা কৈদোগে ?

মতম কুইনগী তুংদা য়াখলগী মঙলান মঙফাওবে
পুন্নাং হকচাং তিন্নবা পামজ-নাপ্পা ঙানখরে।

ইম্ফাল
ফেব্রুৱারী ১৯৭৭ ই·

## ১৭

# মঙলানগী চান্নবী

মতম কুইনগীতুংদা উরম্মী মাবু মঙদা
হায়রম্মীনে মানা'ঙোন্দা "ঐদি চৎলগে পাম্মবা ।
লেঞ্জকংগে পুনসিসে চীক্লবা লাইফম তির্থদা
বিমলাস্থ চৎপবে নঙনা করি হায়বগে ?"
মাগী নাক্তা ফমথুনা হায়জবম্মী মঙোন্দা
"থিংবা লৈতে ঐহাক্না নঙনা তির্থ চৎখিবা
নঙনা খঙলিবথুনি কৈঙমদে ঐদি নঙগু উদা
অথুবু নঙগী আশা-মাযোক্তা লেপ্পবোইনে ঐহাকসে"

মাগী খুৎনা খুত্তা থম ফম্না ফম্না থকঙানা
বাংন পীক্ল' থাজয়েং অহিং তংখায় হেনখবে
মিৎস্না লাইজ থল্লবী পুনসিই বিদায় লিবিবী
হাঙহৌব তারে থম্মোইসে থিংঙমগাদ্রা মতমনা ।
থাপ্ল তির্থ তাম্না য়েং ঐগী পুনসি লোমথরে
য়োৎরক্লবরা থরায় ঐগী ননাক্তা ফুংশিথোইরবী ।

নাঁচি

জুলাই ১৯৭৭ ইং

১৮

# "উররোইদ্রা"

ওস্থোকপান ঐগী পুনাস অবেম্বান
নঙবু ঙাইবদা কেমলে ঐগী পুনাস
কুঞ্জগী লৈরাং শাৎকায়রে মকা ফন্না
লৈনম্না থল্লে মায়কৈ ছুরা ছুন্না ।
থাবল ইপোনদা রাখল কৌশীং তাউরি
নীংশীংবা ঈথক্না তত্তনা থেংলি
ঙাইঙমদ্রবা ঐসে থল্লে লাঙতক্ন'
খোয়রাং খোয়শাওনরবলে থাঙঙমদনা ।

আশা কয়া তৌরুই রাখল মঙলান মঙলুই
কোনশিন্দুনা থমজগে পুনসিচুপ্পা
নাস্থোকহল্লরোই অমুক কদৌন্নুংদা
আশাগী ফুরা নীংখায়থ্রে মচেৎ মচেৎ
অহিং অসি হৌখবে হল্লক্লরোই অমুক
উররোইদ্রা অমুক চান্নবা নঙবু ।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮১ ইং

১৯

# চৎলি অভিসার

গুরমাল্লে ঙসি নুমিৎ ঐগী
ইপাম লমদম থাদোক্লমলে ঙসি
চৎলি অভিসার নুংশি মকাদা
য়াঙ্গোইরুনি পাম্মু মরানয়ায়দা ।

ঈ মতু মদগী মী ওইহনবীবা
পলেম পম্মৌ থা-হুনা নুংশিবা
থা-রে নাব্রা পুন্সি নক্ল'পুম্বা
চৎলে ঐদি লমদা ইনৌ নৌবা ।

'হুবু মাগীনি, মাগীদমক্তা
ঐগী নুংশিথোইবা মাগীমক্তা
থাদোক্লে পুম্বা ঐগী লৈজবা
কথোকচরে থব্রায় হকচাং পুম্বা ।

গুরমাল্লে ঙসি ঐগী নুমিৎ ইথক্তগী
চৎলি অভিসার নুংশি-নাক্তা থম্মোই কুঞ্জগী

নবেম্বর ১৯৮২ হং

# খিজরুগে কংনাইদ্রবা ঈফূৎ

নীংথিবী ফজবী, ঐগী থম্মোই হুরিবী
শাথেক্তা শাওদা তাইবঙপুম্বা শুম্মাংলিবী
নশেক নঙালনা মালঙ তাইবঙ ফাওনা ঙাল্লিবী
নশক্লা নতৌনা মীওই' থম্মোই শুম্মাংলিবী ।

য়েংলকউ অমুক্তা মিং-চি হাইনোক চিনবান কাংলপ
থরায়না পোন্থানি নঙগী পিশুম অনি লক্তা
লেপ্লীয়ু ইমাঙদা খোয়রাং হৈ'নি তনিক তনক
খুবাং চাংজো তরা লোন্নজগে তথক তথক ।

উৎপীয়ু নঙনা লম্বীদো কংনাইদ্রবা ঈফুং য়েংবা
থকচগে ঈফুৎকী লাইজ জগৎ পূম্বা কাউঙম্বা ।
লৈয়শেম্বা মপুগী শিম্থা লেপত্রিবী ঈফুৎনি
লৈয়শেম ভুশেম য়াওরিবী কংনাইদ্রবী মহাক্লা :
চীংদোঙদৈই কূমথজগে তম্পাক্তা ঈফুৎ লম্বী তম্না
অপাময়াই তেঙ্গাথোং খিজরুগে ঈফুৎকী হৌরকফম ।

দিসেম্বর ১৯৮৩ ইং

২১

# কদায় ঐগী শান্তিদে

আশারাণী থরায়গী
শান্তি দেবী থম্মোইগী
থাবল ইপোম লক্ত'দ
মীচিক মীখোল ত'দ র।
মাঙদা উমে থাজদি
পাউদম্লরে আশারাণী
"থম্মোই ঈংলবী নহাক্লী
কাউজদরি শান্তি দেবী।"

চীল্লবা চীংদোল থক্তনি
শুক্লবা উমং লক্ত'নি
ঈচিক হুনবা থাজনা
তাইবং হুরা ছনবনি।
মীচিক মীখোল ত-দরে উচেক রায়া খোংথিডে
অহুবু কদায়- ঐগী শান্তিদে।

তমেংলোং
অক্টোবর ১৯৬৫ খৃঃ

# লোৎখ্রবরা উনারক্তা

উজনীংবা মায়থোংনি
কাঙ্টররোইদবা মিৎয়েংনি
থম্মোই তাসোন লেংবনি
থোপ কায়ন খলহনবনি ।

অরাংবা চীংদোল থক্তা
শুক্রবা উন্নুং লক্তা
চেক্লানা থোংলি মখৌ পোঙনা
হাবিনা নিল্লি উনং থন্না ।

উনাবক্তা লোম্না য়েংবী
চীংমুং-লক্তা চীক্লা কৌবী
মালঙ তাম্বাদা মাঙখিবী
থম্মোই মিৎস্না ব্রাংমদৈই ।

উজনীংবা মায়থোংদো তিনগ্রবরা অহাঙবা আকাশতা
কাঙ্টররোইদবা মিৎয়েংদো লোৎগ্রববা উনাবক্তা

"মেংলো"
মে ১৯৬৬ইং

২৩

# হে থাপ্পা ফজবী

থাপ্প-থাপ্পগা ফজবী পূক্নীং মিহৌহল্লিবী
বসন্ত অয়ূক্তো অশংবা ফীগেনবিবী,
থাপ্প-ফজবী মিংয়েং কারল লা-নঙমদ্রে
কদায়দনো হে পোইরৈ ছিন্ন ফাওরিবী ?

নহাকথক্কী দমক্তা লাল্লুরে বরাক মক্রু
নঙ্ঙংলাংগী কাক্লরে কাটাং মাগুলোং
নৈলয়হেন্নরুরে খোঁপুম গেলোন
থাক্তরে লোক-তায় লোকচপ শুরুং চঙলুরে

অহুবু চংল-চংলগা লাপথোকত্রে নঙদি
নঙদি থাপ্পা ফজবী পূক্নীং মিহৌ হল্লিবী ।
শক্তিগী খোঞ্জেল উচেক্কী ইশৈ
শামুগী বাজায় পা-স্বগী ঙংলাউ
নহাক্কী য়াবানা থম্মোই থূম্মংলে
কদায়দনো নঙবু হে থাপ্পা ফজবী ।

তমেংলোং
মে ১৯৬৬ ইং

## ২৪

# কদাইদা লৈখ্রে কবিতা

চাকরীগীরী রুটিন ছ্যাটিদা পঙশিল্লবা খুংশিনা
পায়তুনা মুক য়াওদ্রবা মচীন পংলবা কলম
রাখল থোক্লুবা, অনৌবা ঈছন লৈত্রবা থোপসিনা
করিনো ইগদৌরিবা, থোংচিনগদৌরিবা করম করম ।

কংলবা থোপ লৈকঙলাদা করম্বা বসন্ত লৈরাং
অনৌবা য়েম্নীং হুন্দুনা লৈশাং তম্নকদগে পামজবা লৈরাং
বসন্তদি লাক্লে, মপাল-মরা য়াওনা ফুক্লবা
কংলবা উ ফাওবা য়েম্নীং হুল্লে অনৌবা

অতুবু কদায় ঐগী রাখলগী কবিতা লৈরাংদি
অমুক হন্না চোংদ্রে অনৌবা য়েম্নীংদি
মকায় মকায় মচোই মচোই তারবা পুনশিনবা য়াওদ্রবা
মপাল মরা মশা চোইজাইনরবা কংলবা

চোংঙমদ্রে অনৌবা য়েম্নীং বসন্ত লখাগী মোইথেমদা
পত্তুনা পুমত্থুনা মাঙখ্রে চাকরীগীরী রুটিন ছ্যাটি লৈখোম্লুংদ ।

ইম্ফাল
১৯৭২ ইং

২৫

# মহৌশা

অসিদা ঐনা ফম্লম্মী চীক্লবা লম্বীগী নাকন্দা
চাউরবা খোংনাং পাম্বীগী উরুম মথাসিদা।
লম্বী অসি মোন্দুম য়ৌবনি— বসন্ত ঋতুদা
নহাশিংগী তিনফমনি, ঐনা তারী নায়তোম তারবা
ক্বাক'মনা খোংলি, অথাপ্পদা ষণ লাব'মস্থ খোংলি।
থুনমক হোংগ্রে আকাশ অঙাঙবা ফিজোম্না,
উচেক্না খোংলি, খোইমুনা ঙংলি, মকুনা লাউ'রি।
হারি খোঞ্জেল তিম্লনা পূম্নমক পূল্লি ঐগী থম্মোই

মিহুল চোংহল্লি, ঈংলবা সুমিদাংরাইসিদা ঐগী ঈদি
শারক্লে—মসিবু করিননো, অত্নগা হায়বীয়ু ঐগী
নাক্তা কনা ফমলি,—কনা ফমলি ঐগী নাক্তা?
অসিনরা পূম্নমক নৌনা ফজরিবসে নত্রগা মহৌশাগী ফজবনবা

ঐঙোন্দদি খেন্নবা লৈতে খেন্নবা লৈতে পূম্নমক পূন্না
তিম্নবনি, অমত্তনি, পূম্নমক মহৌশাগী মহৌশানি।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৭৪ ইং

# ২৬

# হৈনজদে

করিগুম্নদা এসপ্লানেদতা ঐনা
কনাগুম্বী লৈশা মতুং ইল্লুবরা
নত্তে নত্তে মতুদা নত্তে ঐনা
অতুবু ভিক্টোরিয়া মেমোরিয়েলদরা ?

হায়বীমু মহাক অতু ননানো
খণ্ডদে খণ্ডদে ; মাবু শুকখণ্ড খণ্ডদে ঐনা
অতুবু মহাক ঙাঁসিদি লাকপরা ?
"হোয় ।" অতুবু খাস্থ ঙাঙদে থেংস্থ য়েংদে

অতুগা অমুক্তং য়েংলকপতুদি
অকি তুককচ্চরবা শক্তমনি
খংনি শোয়দনা মঙদা উববদি
হম্মদ্রি ঐগী মিহুল ঙসি ফাওবা

ঐহাক হৈনজদে হৈনজদে তাম্রলিপ্তগী
মকোই হৌবী তুশাংবী লৈশাশিংসি ।

কলিকতা
আগষ্ট ১৯৭৪ হং

২৭

# নঙ কনানো

মখোয়না হংঙী—"নঙ কনানো ?"
ঐনা হংঙী  "কনানো নখোয়দে ?"
নখোয়না হংঙী  "ঐখোয়না কনানো ?"
পাউখুমদি ফংদে অমত্তা খুমদে।

ষম্বন্দা ফমই কোয়না য়েংঙী
কদোমদনো কদায়দনো ?
'নখোয়না কনাগীনো ?"  মখোয়না হংঙী
ঐখোয়না হংঙী—"মখোয়না কনাগীনো ?"

তত্তনা হংঙী পাউখুমদি ফংদে
অত্থুবু পোত্থাবা নৈতে, থবাক্ত লেপ্তে।
ঙসি ওইবে নখোয়গা চামিন থকমিন্নরে
হয়েং ওইনি কনাগী নাকন্দা ছূবী থিল্লমলে।

ষম্বন্দা ফমই, হংঙী পাউখুমদি ফংদে
পোত্থাবা নৈতে চেল্লি চোংই থবক্তি লেপ্তে

ইম্ফাল
মে ১৯৭৭ ইং

২৮

# শক্তিমান

শক্তিমাননি শক্তিমান—মিলিটারী গাড়ীনি
ঙসি কোনভোয় লাকপনি জখামাদা চৎপনি
বরাক তুরেল ফৈন-লান কায়োং থোংজাও লানখরে
পরেং পরেং চৎপনি মৈরা পরেং ইল্লকলে।

খোঙনেম খুনগী খুনীংথেক ঙম-ন লুর' কোচিননি
তপ্না ঙংনা হাইগৎলি থেক্না লৈইরি গাড়ীদি
অমা অনি চৎখরে অহুমশুবা লানখরে
মরিশুবা শক্তিমান লোকচপ তম্না হাইথল্লে।

মাঙতুং গাড়ী পুম্বা চপ লেপ হোরোন কম্না খোংলক্লে
শক্তিমান পুমতোই তোইবনি নাহে খোঞ্জেল থনবনি
খুদক্তা শিরে জব্রান মরি অশোকপশিং ডাক্তরদা
করম থাদৈ থিরক্লে তোয়না হুংলে ড্রাইভরদা।

"মাঙদা উথি পুলিস লম্বী তাকথি চৎনবা"
ঙসিদি লৈরে লাইশং 'মা লেপ্লরোই অমুক লম্বীদা।

কায়োং
জান্নুয়ারী ১৯৭৮ ই°

# অরোইবতদা মখণ্ডজৈ

পোমশাংনবী শীঙেললক্কা অপোম্বা লৈরাং লৈবনি
শাংকায়রবী শীঙেলবু পোমশাংনবীনা পামজরি
লৈমন চনবী লৈরাংনা শাংকায়রবীবু কল্লকচরি
অপোম্বা লৈরাংদি কনাবুসু কল্লকচগ্রি ;
অপাম্বসু লৈজদে, য়েংজৈ তিংজৈ মখোই'লক্কা
খোইমুগী খোঙ্গাও খণ্ডজদে খোইমুগী নাউথেম তাজগ্রি
খল্লুদে, হংলুদে করিনো ! মরেঞ্জৈ য়েংহুনতা
হংলুবসু তাক্লক্তে, করিনো খণ্ডদনা মরেল্লী।

অহুবু, করিগুম্বদা—ঙংদি-ঙংলুই ইশৈদো
লীরুই কনাগুম্বদা অর্থ খণ্ডগ্রবা ৱারীদো ;
মতম খোঙচং লেপ্পা লৈতে মহৌশা শাজং কায়বা লৈতে
হোংলি অচীক অশা, বসন্ত ঋতুসু লাক্কবা তৌদে
অপোম্বা লৈরাং পোমশাংনৈ পোমশাংনবীনা শাংকায়জৈ
লৈমন চনখি শাংকায়বীনা—অরোইবতদা মখণ্ডজৈ।

ইন্দ্রাল
ফেব্রুৱারী ১৯৮১ ইং

# হিংদবা য়াদে ঐগীদি

কবিগীনো নখোয়না হন্থনা য়েংবিরিবা ঐবু :
ক রগীনো ময়াম্মা থীনা ঙাঙনবিরিবা ঐবু ;
ইযুমদগী তাম্হোক'পরে চংজফমস্থু লৈতরে ;
হোৎনরুবে মফম কয়া থিজরুবে থোঙ্গাল কয়া
পুম্নমক ।খংগ্রে হাংথিদরে থোঙ ঐগীদমক
হিংদবা য়াদে হিংদবা য়াদে, ঐদি শিনিংদে
হবাউ তযামস্থ পাম্মী ঐদি নহানি মথোক কারকপী
চংলি তৌজিকস্থু অরা অনা থঙদনা মথোয়'দি।

হিংনবগী লম্বাদা অকি অথং লৈতনা
চৎপা তাবনি লম্বী পুম্বা অফ-ফত্ত থঙদনা
নোংমস্থু নোক্লুই নোংমস্থু কপ্লুই থোকউ থোকউবা
মীরা মীশা ঙাঙন লক্তা কনাবুনো কিদোবা,
থীবে ফজরে ওক্তে মথোয় মথোযগী 'রানি
হিংদবা য়াদে শিংনিংদে, হিংদবা য়াদে ঐগীদি।

ইক্বাল

ফেব্রুয়ারী ১৯৮১ ইং

# "হুপ্রবরা লৈজপূম্বা"

ফজরবা শকফমদো নঙগী কদাইদা লৈখ্রে ঙসি
নঙালনা মায়গৈ থল্লবী পাখঙ মৈয়াল ইল্লম্বী
নঙগী মিংচি হাইনোক্লা নোংখাং তত্তনা কৃপ্লম্বী
পাখঙ পুন্দ্রে তুন-শক্তম কদায়দা লৈখ্রে ঙসি?

কোকিল ঙমজ নখোঙ্গেল কদাইদা লৈখ্রে ঙসি
নঙগী য়াবা তাবদা নম্মূল ঈচেল লেপথিবী
খোয়থুম্লবা খোঙ্গেলদা লোক্তাক্লা ঈপক হৌখিবী
মন্ত্র স্বুর ঙমজ-নয়াহৈ কৈদা লৈখ্রে ঙসি ?

ঙসি চত্তি কুনগী তুংদা শুপ্নগী কুনগী তুংদা
পূম্নমক ঙনখ্রে শাথিনা ওল্লে লৌখৎ য়াদা
নাল্ল' মায়খোং খুইবম্মে লূর' মিম্না চোৎলম্মে,
পা-ল্ল' কুচু ফুরাউনরে—লংল' নয়া তেক্লম্মে ।

হন্থখ্রে মিংথকপী থাবোম মাঙখ্রে ফজ' পূম্বা
তৌ ঙম্বী মতম্না হুপ্রবরা নঙগী লৈজ পূম্বা ?

ইম্ফাল
মাচ্চ ১৯৮১ ইং

৩২

# ঈশৈ হৈবী ইবেমহল

ঈশৈ হৈবী ইবেমহল চৎলি য়ুমথোং খুদীংদা
"লাইগী থোগল তৌদ-য়াদে কুমজা খূদীং লেপ্তবনি
সনাইবেম্মনা হনদৌনি ঐনা থোম্বাংজগনি
ওঝাস্থ ঐনা শীনগনি ফমদ-ফম্বীয়ু ময়ায়দা।"

অত্তুঙৈ লৈশা ঈনথৎঙৈ পাখঙ কোইনাউ চামনি
মাগুব পুম্বা পাবনি ইবেমহল ঈশৈ ইল্লম্বা।
হৌজিক্তি পোক হো-রবা য়াম্ন থর তেক্লবা
ভাবিনবা লৈতরে মাগুব পুম্বা হাঙবনি.

"ঐদি ঈশৈ শক্লীংলি মী পুম্বব্ তা-হন্নীংই
মীনা পৈশা থাবদো ইবেমহল ঐনা পামজৈদো
স্নাইবেম্মই ঈশৈনি অচৌ অশাং তিল্লিদো
মখোয়না পৈশা থাবদা ঐগীস্থ শরুক মথুংই।"

ইবেমহল লেপ্ত শকচরি ভাবক্তী ঝারী মশারী
ইবেমহল শকপা পেন্দরী "ঈশৈ লোইরো" লাউরক্লী

ইম্ফাল

মে ১৯৮১ ইং

৩৩

# "কুমুগী শাই"

"ঐনা হৈতবা লৈবরা ওঝা গুরু কয়ানি
শাই নোট বাসক বংদেশ মুপা পালা মুপী পালা
ঐদি লোইনা তমহৌই লৈবাকী ওঝা পম্হৌনি
তাল-মুং থুংথেক লাকথেক থাগৎনৈ ঐগী পালা।"

মখোযনা হায়—"হংলুসিনে ওঝা সনাদা"
শাইগী শৈদা শক্লে ঐনা ওঝানা য়ারে ফরে হায়না
ঐবু থানদে মখোয়না সুর তাদ্রে শাইদা
ঐবু খণ্ডদবোই খনবরা হায়রিমাল্লে কল্লক্কুনা।

ঙসিদি মাগুব থল্লে তারগনি কুমুগী শাই
নোট শকপীগী শাইনি য়েংনবনি মখোয় ঙম্না।
রাগ হৌগৎলকপদগী অমা চৎথি অনি চৎথি।
কুমু শকলি মমিং উইশিন থল্লায় য়াওনা খণ্ডবা শাই।

মিংকুপ্তা ভাবক তাকথরে পালাগী মী য়াওথরে
অরোই ঈশৈ মথন্তা শক্লমলে থাওমৈফাও মুৎলমলে।

ইম্ফাল

মে ১৯৮১ ইং

৩৪

# "হিংনা হিংনা শিরবা"

হিংনা হিংনা শিরবা মীরেম ওইর' নহাক্নী
নঙগী নরা চংত্রবা নরা তানীংদ্র' নঙনী
সমাজদা মফম লৈত্রবা মীনা থোওইবীদ্রবা
কনাই ক্যান্ন' তৌদ্রবা নঙনি চাবা তিংলবা।

হিংনা হিংনা শিরবা মীরেম ওইর' নহাক্নী
হিংখিবা তারিবরা মীরেম ওইন' নহাকসি
নতুং ইল্লম কয়ানি নয়াথং ঙাইরম মখোয়নি
নঙগী য়াকা য়েংবনা মখোই নুঙাইজবনি।

তুংইনবনা তুং-ওনথ্রবা নয়াথং থোওইবিদ্রবা
নয়াথং থুগাইবনা মখোই'-নুঙাই' ওইথ্রবা
নয়াথং ঙাক্ত' মখোয়দা করি তৌজ' ঙমদ্রবা
নকন্থিনা নরন-ফোয়দংলবা মুংদা প্রোক প্রোক চাক্লবা

হিংনা হিংনা শিরবা নঙসে, থোওইবিদ্রবা মীনা
হিংথিদ্রা হিংনীংবৈইদমক লৈখিদ্রা শিনা হিংহুনা।

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৮১ ইং

# "করি কুমদমনো লোইয়ারাকপা"

লোয়ারাকপনা কুমদমলি নো খোঙ ফুয়ুনা হৌরকলে
হু শিং নিফুমাপলনি নোংলৈ কয়া তিল্লরে
"গুরুং গুরুং" ঙংলকলে, "রু রু শেং শেং" শিংলক্লে,
লেনগা লোয়ন-নো লাঁনা প্রোপ প্রোপ শেং শেং তারক্লে।

খোৌগংলবী মালেমসে লাইজ খৌবুম থকচরি
য়াঙ্গংলবী তুবেলম্ন নোয়খংলক্লী হবাওবি,
নুংশানা কাহৎলগী হুমাই হুম্না থাঙলম্বী
ঈংথরবী মংঙ্গালদা হরাও নোকচৈ-- নাংথিদী।

লৌবুক্তা কোয়চেন চেল্লি পৈশিল্লি ফৌবৈ লৌউবা
য়ুমপক্তা লেপ লায়রবা চরুনা মেল্লি অহোবা
চরুই ফমুংথক্তা তারক্লি নোংগী মরী তোপ তোপ
লায়র চুদং য়াঙ্গংবা কুমলাইনা লাইঙইরবা

হোংঙুরা'মা কোক্তাথন তাশিন্দুনা পোম্ফ্রী ফম্লী তুম্বর ফমুংথক্ত
শাউনা য়েংলি নোংথক্তা শোল্লি মুরুম মুকম করি কুমদমনো
লোয়ারাকপা।

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮২ ইং

৩৬

# লৈগী তেন

মৈগী তেনদি কয়ানি খুৎলাই মশীং ৱাত্তরে,
ঈশিং মুংশিং খুৎলাইনি যন্ত্র মন্ত্র চিথদ্রে,
থাঙ্-তা লম্বু লোঙ্ উতুপ চৈতুপ্ নূংতুম লৈতুম
ইরাৎ থৌনি চবান-তুবান হীগায় ৱাকায় কয়াস্থু
অথাক লৈত-লংলকপা কল্বি তৌবা ঙমদেদো
খুৎলাই-ময়াই চমলেদো করি তৌজ ঙমদ্রেদো।
লাইরেন' ৱাখল তৌরকই মথঙ কবি কাপসিগে
কল্বি খুৎলাই লংসিগে করম হীগায় থা-সিগে॥

লাইরেন' ৱাখল ফুম্বংনৈ গতি মচীন তেক্লদ্রা?
লৈমা খুত্তুম থবাক ৈয় লাউনা-থোংনা কপ্তরা?
থম্মোই লৈকোন-মুংদগী মুংশি লৈখল কয়াগী
লৈগী তেন্দি নৌরবী মুংশি মন্ত্র শোল্লবী
নাপল চাউবা মহাক্কী কাপ্লক্লে মকাই-তম্না
পাখঙ ৱাম্থ তাখরে থম্মোই ফাউরিং পান্দুনা।

ইন্দ্ৰাল

আগষ্ট ১৯৮১ ই°

# ৩৭

# শক্তি

মহামায়ানি শক্তি হায়বী নহাকসে
বিন্দু অমত্তং ফংবদা নঙগী নঙাল
অকিবা লৈতে পাকথোকই মীনা কিনৈ
থৌওইদ-ভমদে শক্তি বিন্দু তুংলিভৈ।

পুলিসনি পুলিস লম্বী য়ায়দা লেপলিবা
হাইরি হুমলি, থাঙ্গংলি মখুৎ মশা
মখুৎনা থিনবা মায়গৈদা চেল্লি চৎলি
মী গাড়ী শগোল শামু লেপ্তে চেল্লি।

মখুত্তা থাঙ্গৎ লেপলি মথোয় পুম্বা
মবুক্তা থল্লি ঐ মঙাযরে গুণ লৈবা
লেপহল্লি মন্ত্রি অফিসার মঙোন্দে হেনবা
লেঙহন্দে মথোয়দো মানা শাউথিবা।

গাড়ী পরেং লাকলি সাইরেন থোংনা ফিরান থেৎনা
কন্না থৌখি থিংঙমদনা মানা থান্না থান্না।

ইক্বাল

আগষ্ট ১৯৮২ ইং

৩৮

# থেংনজরোই মখোয়গা

মৈতলোকসে ঙসিদি থল্লে খুরক হাঙদনা
লাইসেন্স পায়রবা মীহাৎপা লাইসেন্স পায়দবা মীহাৎপা
চৎলি কাতু-কারল লম্বী লৈরক কোন্সাং থুংনা
অনিমক থোৌনা কৈ খুৎলাই পায়দবা মীশিংতদা
খুৎলাই পায়ন' মশেলদা থোৌনা অতুপ ফনদে
হোৎনৈ উনদনবা লৈথোক্লৈ, হেঞ্জিন্নদে
নোংমা থেংনৈ মখোয় মশেল য়েংনৈ চীংনৈ লোৎনৈ
শ্বাই মাঙথি য়ামদ' কাঙবু, মফম অতু লান্নংনৈ।

খুৎলাই পায়দবা মীশিংদো চম্মা লৈজরিবা
লাইসেন্স পায়রবা পায়দবা অনিগী বলিগী শা
খঙদে কৈদৌঙৈ উৎলনি খুৎলাইগী মতিক
মখোয়দা মীহাৎপা কাঙলুপ অনিগী মঙন
খুরুমনৈ হায়রজে ততুনা শকউদ' মঙোন্দা
থেংনজরোই মখোয়গা ভাইবঙসিগী পুনসিদা।

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৮২ ইং

# ওইরে ঐখোয়দি মরু য়াওদ উপাল

আশাগী তুংনফম ওইরিবা নঙনা
নিরাশাগী মপৈ ওইরক্লবদা
কদায়দনো ঐগী রাখল' পোথাফম
করম্না লেপসিগে পুক্নীং পোল্লে'ফম।
হিংলিঙৈ তাইবঙদা শারুই রাখল ফুরা
থমলুই নঙবু রাখল ফুরা নুংদা
লৈতেংলুই নঙবু রাখল লৈতেং কয়ানা
খল্লুই থল্লগনি নশেক নঙালনা।

আশা তৌরুই লেপচ'নি নঙাল-লক্তা
নঙগী নঙালনা ঙানগনি মম্ল'থম্মোই
মতুতনা পেঞ্জবনি মাগী-ঐগী
নঙতনা আশাগী তুংনফম ওইবা
মাঙহল্লবদা রাখল-লৈতেং ফুরা
ওইরে ঐখোয়দি মরু য়াওদ' উপাল।

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৮২ ইং

৪০

# মমল য়াওদ্রবা নূংদূম

তুংগী আশানি থঞ্জরুবা নঙনা
ঐখোয়তগীনি নীংজরুবা ঐখোয়না
লৌরক্লগা আশা মাঙহন শক্তম নঙনা
নীংবা কায়রবনি তাইবংদা লৈনা।

পীক্লবা থম্মোই পিঞ্জর থন্না থন্না
নিল্লম্মী মুংশির' নখোলনা তত্তনা
ওইরক্লে ঙসি য়াক্ল' শেং কায়বা খোঞ্জেল
শেগায়রে থম্মোই পিঞ্জর মচেৎ মচেৎ।

ঐগী মাগী শাগৈগী মণিহুনা
ওল্লক্লবদা মমল য়াওদ্রবা নূংদূম
মন্ত্র শক্তি য়াওদ্রবা মঙাল লৈত্রবা
মখোল থোক্ত্রবা মীনা হুন্দোক্লরবা

করম্বা আশানা তেনশিনহন্নী ঐগী
লোইনাইদ্রবা অরা'রাথল লীশাং মাগী।

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৮২ ইং

৪১

# হাংদোকলি কার কিনা কিনা

মীওইবৈই শাজং অঙকপনি অঙকপা
কনা লৈ তাইবঙদা মুঙাইবা পামদবা
কদাইদা লৈ মহাক্তো শুকচাও চাওথোক্তবা
মীওইবা সমাজদা উজদ্রি ঙসি ফাওবা।
চাওবনা উথি নোংমা—মন্ত্রিনিনে মহাক্তো
মবুক তহি তহি কং থোরক্লি তপ্পা তপ্পা
চপ লেপ্লি কার মমাঙদা মানা তোংদোদো
হাংদোবলৈ কারগী থোঙ মুপা অমা চেপ্পোক্লুনা।

মবুক্তা শাউনীংখি চাওবা—চাওথোকগ্রেদা মহাকসে
ঙসিদি ওইরে চাওবা মন্ত্রি অমা লৈবাকী
মবুক তহি কংলকলে মাম্‌ নোয় চাওরকলে
মখোঙ তপ্পা থাংতুনা থোরক্লি মহাকসে
মহাকম্ব লেপ্লী কার মাঙদা কোয়য়েং য়েংলি শাউরী
মুংশা ফুয়ন-হোন চেনশিঞ্জে নুপা হাংদোকলি কার কিনা কিনা।

ইম্দাল

সেপ্টেম্বর ১৯৮২ ইং

৪২

# ঙসিগী ঐগী চান্নবা

কদায়দনো নঙবু! ঙসিগী ঐগী চান্নবা।
য়েংজৈ খুনীং কাঙনা থিজৈ মফম খুদীং শুনা
নঙগী থৌজালতনা হিংদৌরিব্নি ঐখোয় পুম্বা
ইমা ইচা, মুপা—নাচুনা লৈবা কুম-পুনা।

করম ফংনি নঙবু ঐগী ঐতগী চান্নবা।
মীনা তিন শিংলবী লুনা তৌবনি নঙগনা
কদায়দনো নঙবু ঙসিগী ঐগী চান্নবা।
থিজৈ মফম খুদীং য়েংজৈ খুবাক লাইখল শানা

ঐগী লৈজ'পুম্বা কখোক্লবনি নঙোন্দা
থাকহৌদরে অমুক মুপীগী লন ইবাই থীবা
ফংননবা থরায় নঙোন্দৈ থরায় পীবিবা
ফংজবদা নঙবু অমম্বদা অঙানবদা

কদায়দনো নঙবু ঙসিগী ঐগী চান্নবা
কৈদা ফংনি নঙবু ঐগী ঐতগী চান্নবা।

জাঃ ১৯৮৩ ই'

৪৩

# মহাক্তি শোয়দনা কপ্লমগনি

মহাক্তি শোয়দনা কপ্লমগনি
মচিনবান্দা নোক্লবস্ল করিগুম্বা
মবুক্তদি শোয়রোই লেপ্পা কপ্লম্বা
মহাক্তি শোয়দনা কপ্লমগনি।

মাগী অমত্তা ঙায়বা আশানি
মাগীদমক লৈজবা পুম্বা তিংথ্রবনি
মরল মথুম ময়ুম মকৈ তুমথ্রবনি,
মাবুতা মতমচুপ্পা খঞ্জবনি।

ঙসিদি মহাক লৈখরে তরঙগী লৈবাক্তা
মালঙদা তাউরি খঙখিদ্রে মাবু মুংশিজবা
খুমখিদরে অমুক মানা তোয়না তোয়না কৌজবা
তংখরে মরী পুম্বা পোকপদগী লোয়নরকপা।

করম্না কায়রোই আশা পুম্বা পূমতোই তোইনা মাগী
করিগী কপ্লোই, মহাক্তি শোয়দনা কপ্লমগনি।

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮৩ ইং

৪৪

# কৌই অপঙবা অহল

থায়না সত্য যুগতা পাল্লম্মী নিংথৌ অমা
য়াম্না কল্লি হান্নবৈ, লৈতে অতৈ অমা মালেমদা
মাগুম্না রাশক চেৎপা মাগুম্না পাঙ্গল কনবা
কিদবা লৈতে মাবু মী লাই হিংচাবা পূম্বা।
যুগ কয়া হৌথি স্বর্গদা লাই হিংচাবা লান্দা
হিংচাবা কয়া হাৎথি লাইশিংগী তেংবাংলান্দা
পেল্লবা লাইশিংনা হংখি "করি বর পাম্বা"
নিজখি মানা "পোথাজগে তুমজগে পেন্না।"

ৱারবা নিংথৌ পাঙ্গনবা তুমখি নুঙাইনা লোকচপ্তা
তুম্না তুম্না হৌথি যুগ মথং মথং সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি
মিকপ থোকখি কুনগুবা শতাব্দিগী এটোম্না কায়বদা
থল্লম্লে মালেম পীক্ল হুই'মুক ৱাংবা মীনা ঙক্ল থবক তৌই খঞ্জবা
খেন্নরমলে লোইনা –অচুম্বা-অন্নানবা মানা খঙবা
মাবু উরগা-নোক্লে মথোয়না, লঙনৈ কৌই অপঙবা অহল।

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮৩ ইং

## ৪৫

# কদায়দনো ইমা

নীংশিংলকলে ঙসি ঐগী ইমাদো
কদায়দনো ইমা, খোম লাম্লে ঐদি
তোয়না তোয়না কৌজে কৈদনো নঙবু
খোম লাম্লে ঐদি কদায়দনো ইমা।

নোংমা উখি—মখোয়না পুখি ইমাদো
মুমিংতুদৈই উখিদ্রে মাবু ঐদি
খিকই মফম খুদীং ফংবা লৈতে মাবু
খুমখিদ্রে ঐনা কৌবা লোৎখ্রে ইমা।

লেল্লক্লি মুমিংতুদৈ ঙসি ফাঙ
উরী উনা নাপী শীংবী চাহুনা
কাউরবরা ইমাগী খোল্লাং মহাও
অরাম-খৌরাং কোকহনবা কাউনি করম্না?

লাম্লবা মুমিংসিদা নীংশিংলকলে ইমা
খোম লাম্লে ঐদি কদায়দনো ইমা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮৩ ইং

৪৬

# নঙগী ঐগী শান্তিনি

ঐনা পাঙ্গল কনবদি নঙগী য়াইফনবনি
ঐনা নাদ-য়েক্কবা নঙগী ফন-নবনি
ঐতনা খ্বাইদৈই হেনবনি ঐতনা খ্বাইদৈই কনবনি
খল্লিমথৈ নহাক্না ভুংনফমনি শান্তিগী।

নুপী ওইবীগী অপাম্বা নুপীগী মিহৌবা
লোইবা লৈতে খম্বা নাইদে, ঙম্বা লৈতে শীংথাবা
অপাম-মিহৌ মথোয়গী কনা লৈবা থিংঙম্বা
করম্বা মতমদা কনা লৈখি—মী, লাই, হিংচাবা?

শীংথানবী মীহৌরোন কয়া মথং মথং ঙসিফাও
হেলেনগী হাক্ককী তুমখি চাউরবা ত্রোই কোম্নুং
অপাম-মীহৌ মপান-নাইদে খম্বা লৈতে, লোইবা নাইদে
থিংবা ঙমদে থাম্বা য়াদে, সমাজ ধর্ম্ম কৈস্থু লৈতে।

ঐতনা হেল্লিমথৈদি অপাম মিহৌ ঐংগীনি
মহুতনা য়াইফবনি নঙগী ঐগী শান্তিনি।

ইম্ফাল
ওক্টোবর ১৯৮৩ ইং

৪৭

# কদায়

মরক মরক্তা হেক হেক নীংশীংলকখি
অচুম্বৈগী বাদো—কাউওমদ্রবা রা।
পুর্ণিমাগী অহিংদা নওনা হায়খি—
লকক লকক মচেৎ মচেৎ অরোইবা রা

হায়সি হায়ওমদ' হায়খিবা রা নওগী
মিংলুগী পিরাংনা শমথখিবা রা
"অরোইবনিকো ঐগীদি" নওনা হায়খি
পুনসিসিমা কাউওম্নরোইদৌবা রা।

কদাইদনো ঐনা লৈগদবা
খাংদ্রবদা রারবা নওগী চৈনা খাওনা
কদোমদনো ঐনা চৎকদবা
কাউওমদনা লুম্নবা পোৎলুম পুনা।

পীনহৈবা কদায় অঈংবা অদো
চানবী হৈবা কদায় অকাউবা অদো।

খোবাল
জানুয়ারী ১৯৮৪ ইং

৪৮

# ব্রহ্মচারী

ঐদি ব্রহ্মচারীনি মুপী থিত্রিবা
ঐগী বাশক—“পুনসিচুপ্পা ব্রহ্মচারী”
ঐগী তপস্যা—“মরোল অহুম জয় তৌবা।
ঐনা পামজবা—“লেঙদবা ব্রতচারী।”

ব্রহ্মচারীনি ঐ অপাম্বা লৈত্রবা
ঐনি মিহৌবা পোক্ত্রবা ব্রতচারী
ঐবু শোকনু—ঐবু থেঙ্গনু নঙনা
নঙগী মিৎচি—পাখঙ মোংফম 'ঙোন্দা করি

চেৎলবা বাশক্কী ; লেঙদ্রবা ব্রতনি ;
উর্ব্বসি মেনকা রম্ভা ঘৃতাচি
নখোয় ঐবু করি তৌবা ঙমগনি ?
ও ! ওস্থোকপা—কোমগোম্নবা ফিজোম্নি।

হে বিশ্বামিত্র ! মুনি থোইথোইরবা
করি ওইরে ঙসি মেনকা মাঙদা ?

থোবাল
ফে: ১৯৮৪ ই·

## ৪৯

# শিদ হিদাক

ইমাগী ইবুঙো ইমাগী ইবুঙো হায়না
য়াংদৌ তিম্ব্রোক চোংগুম ভোর্ব্বান থক্তা ওন্ন-থোইনা
ৱাম্ব-ৱাম্ব কপ্পা কপ্পা কৌজৈ মচাবু মানা
ভৌর-কাইথুমফিনা কূপ্প-শন্দুক চিংনা য়েংনা।

কপ্পা-চোংনা য়েংনা য়েংনা ওইখ্রে মিংনা কুপ্পদা
অরাবা মৈতাল—উৎ মপৈ মচাগী চাওশাংল' হকচাং
মাঙখ্রেদো লৈত্রেদো উররোইদো অমুক হন্না
হায়নখি—হিংখিদ্রনে মাবু মচাই-মৈচাক খাওনা।

ঙসি অমুক তাররে চহি অমগী তুংদা
মাগী মিকপ খোঞ্জেল "ইমাইবুঙো ইমাইবুঙো"
বান্থদ্রে চোংদ্রে য়া দৌ তিম্ব্রোক চোংগুম্না
চুম্না কপ্পতনি নীংশিংলুহুনা নৌহৌনা।

ঈশ্বরনা পীবা অকাউবা হিংননবা শিদ হিদাক
মাগী শরুক চিংখদে থৌজাল হৈবা মহাক্না।

খোবাল

মার্চ ১৯৮৪ ইং

# তিনখ্রে মাঙনাইদ্রবলক্তা

শিগনি হায়বগী কিবা লৈত্রবা
কিহুনা চেল্লুরবা নাইতোম তারবা
মাঙদা হুন্না লেপ্লরবা য়েক্লবা
য়াবরা মাবু থোওই উশিত্তবা ?
মানি য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনখ্রবা
লৈত্রবনি চেনফম লিংফম নাম্থোকফম
শিব-হিংবা পোম্থানি মথুবাক্তা
থোক্লবরনে মাবু থোইনা কিফম ।

ঙসিদি লানশীংনরী লানফম য়ায়দা
যম-মক্তা অশিবগী থোরী পায়রিবা
তেমশিঙলি —জয় তৌরগে অশিববু—
অওইবনি য়েংউ—থোনা ফরবা অসিনা
ইরায় লায়না ককখ্রে অশিবগী থোরী
মায়থিবা পীহুনা যম তিনখ্রে মাঙনাইদবলক্তা ।

থোবাল

জুন ১৯৮৪ ইং

৫১

# লৈপাকলৈ

ৱানা থাঙজবী কালেনগী লৈপাকলৈ
ঙলাঙ থাগী শারবা মৈশা-লক্তা
কংলবা লৈতঙগায় থোঙনেৎননা
লৈকা ফম্না মোমোন নোকচবী
অথাঙ কনবী পূকতম্লী।

ৱানা থাঙজবী কালেনগী লৈপাকলৈ
মীনা থৌওইবিদনা অৱা অনা মৈশালক্তা
নথস্তনা লেপচবী মীনোক মীশা কিদনা
অৱা-অনা কালেন-মৈশা মোমোন নোক্না থাঙজম্বী
তনৌবী নঙগুম্বী—

তশেংবী মৈতৈ চন্নু—লৈয়মগবা লমদম কৈদা?
অৱা অনা থাঙজবী কালেনগী লৈপাকলৈ
অথাঙকনবী অৱা-অনা মোমোম্নবী লৈরমগনি কদাম্বদা
নঙগুম্বী চন্নুরা—মৈত্রবাক্কী লৈপাকলৈ।

ইস্কাল

জুন ১৯৬৫ ইং

# নোংলক্তা খেবুচীং

তারি নোংনা অতংপা লৈতনা
খেবু চীংগী শুক্লবা চীংদোন্দা
অমম্বা লৈচিলনা কুপখরে উরৈবাক্
নুংলবা নোংজু নোংনা
অহাঙ. লৈতনা কুপখরে মালেম
অচোম্ফপা ফিজোম্না লৈতেংবী চীংলৈবা
কপ্লক্লে হীকহৈরবা খোঙ্গাংনা
তাজরী ঐনা রাংলবা লায়াং থক্তা ॥

নামিবা লেপখরে চীনখরে লৈচিল
কদাইদা লৈরে 'রাংবা খেবু চীং ;
মতমগী মিংচৎ নুংগী খোঙ্গুল
কদাইদা লৈখরে কদাইদা লৈখরে ?
শুইখরে নাওথেম রারী কুপখরে অমম্বা লৈচিলনা
তারি নোং-তক্তনা খেবুচীংগী রাংলবা চীংদো

ফোংশ্রবা—অনিংপোক্তবদা

জুলাই ১৯৬৬

৫৩

# ঙাইবা তা-রি মীখুৎ লাকপা

পাক্লবা ঈয়ায়দা লেপলি,
ঙকশম ফাওবা ঈম্নুংদা লুপলি,
লাউরি—"ঈশিং খুজোক 'মতা থকচগে।"
ফংবা লৈতে, ঈরিক 'মতা থকপা ফংদে।

লৈ-শুনা থল্লবা লৈকোন্দা লেপলি
শাৎকায়রবা লৈরাং গুলাপ খুৎনা পায়রি,
হায়জরি—"লৈ'সিমত্তা হেকচগে!"
খুৎশা লেঙ-ঙমদে—লৈ'মত্তা হেকঙমদে॥

উহৈনা থল্লবা হৈকোন্দা লৈরি
মুম্ন-ঙাঙল' হৈনৌ খুৎনা পায়রি
লাউজরি "হৈ'মত্তা হেকচগে।"
পাম্ন-য়েংন-লৈ, হৈ'মত্ত। হেকঙমদে।

অরাৎপা লৈত্রবা তাইবংদা লাউবতনি হৈরিবা
য়াওত্রবদা খুৎনা—ঙাইবা তারি মীখুৎ-লাকপা

কাবোং

ফোঙপ্রবা—"অনিথোক্লবদা" সেপ্টেম্বর ১৯৭৭ ইং

৫৪

# কোন্নুংনি।

কোন্নুংনি ৱাং চাউরবা ফজরবা দলাম্না থল্লবা,
হৈকোন লৈকোম্নি—মুংশি ফজর' হে লৈনা থল্লব';
পাক্ল' চুম্ল' লম্বীনি—নাকন্দা উগী পবেং
লম্বীগী নাকন্দা উরক্তা থাম্লি থাউমৈ পরেং!

অতুঙৈ চৎখি লম্বীসিদা মুনি ঋষি কয়া
কোন্নুং তম্না নিংথেমগী শোন্দুনা মন্ত্র কয়া
নিংথৌঙম্বা অঙম্বা দলাই কৈনা তোংতুনা
অকল অথৌ কয়ানি শগোল খুরুপ থৌতুনা।

ঙসিস্থু চৎলি লম্বী'সিদা মীওং কয়া মথল কয়া
কোন্নুং তম্না প্রজাগী লাউতুনা খোল্লাউ কয়া
ঙসিস্থু চৎলি অঙম্বা কয়া দলাই তোংনা
চৎলি ৱাক্তনা অকল অথৌ শগোল তোংনা;

অতুবু ঙসিদি মখোয়পুম্বা মীগী কোক্তি পান্দরে
হামেং মকোক শগোল মমায় গধা মকোক কৈ মমায় ওইথরে।

কাবো

ফোংপ্রবা—অনিথোক্লবদা ফে: ১৯৭৮ ই'

৫৫

# মৈরা পরেং

মৈরা পরেংনি মৈরা পরেং পরেং
লেংলকলি তনিক তনিক ফেৎ ফেৎ হাইনা,
কোয়রকলেদো মং ফুরা লাংথবানগী
নোমনোম নোমনোম পাংলকলে স্না কোন্নুং।
পায়রি মৈরা মৈতৈ নহা কয়ানা
লাউরি---ঐথোয় লৈবাক্কীনি, লৈবাক্কীনি
মৈতৈ খুনাই মুৎহল্লোই খুন্তাক লানসি
থোকহল্লোই---লাউরি ঐথোয় লৈবাক্কীনি ॥

য়েংলি ছোরোক কাগুপথন য়াঙবী থন
থম্মোই তনিক তনিক মিংস্না ঈরা থন
য়েংজরি মৈত্রবাক মচা কয়ানা
কনানো নঙতদি নোকলি মোমোন্না
লোইরবরা মীথা পোনবা যুগ কয়া
উরবরা লৈরি নীংতম হন্নাইজ্র' থোনা ॥

ইম্ফাল

ফে ১৯৮০ ই°

# "চীংখোঙদা বারুণী"

চীংখোঙদা বারুণী তোবর্ব'ন্দা চীংগোইগী
শুক্ল' মল্ল উমুং থাসিগী অহিংনি
মোংশোংলক্তা থাংপোক্লী নাইতোম তারবা
মুংলি' মৈরা য়েংনা নাইতোম নাইতোম লাকপা

শোং-পেক লাউদনা তুমিন তুমিন চঙনখি
মৈরা পায় বাশক্লৈ—ঈ সিন্দুর নম্মখি
নাইতোম নাইতোম চংখি লম্বীদা লম-ফাংলবা
কনানো করিনো ঙমখি কনা' হায়বা।

চেনখি খুরুপথা মুপা অমা অয়ুক্তা
বাথ-থোং তেকখরে চীংগোইদা মৈহৌরে
খুংলাই-খুংলাই থেংন লাম্বাখি মায়-ওন্দা
কল্ল' মুংশিংলক্তা থাংপোক মৈরা মুংখরে।

খুংলাইনা শোক্লবা পাখঙদো য়েংতুনা
থাংপোক্লুং' হমুবী কপখিদো ও-থোংনা।

ইম্ফাল
ফেব্রুয়ারী ১৯৮০ ইং

# অঙ্গো চীংগী নমলোন্দা।

থাপ্লবা লমদমনি কবো নিংথি তোব্ব'াম্নি
শুক্লবা উমংনি মীচিক-মীরাঙখোল তা-দ্রবা
মথন্তা লেপলি য়েংলি তুমিন্ন—পিরাং থম্না
মাঙদা চাকলি উনাগী থাংপোক তাঙ্গোই তানা।
মপাং কায়নর' মানি অঙ্গো চীংগী নমলোন্দনি
মথন্তনি য়েক্লবৈ' খুত্তগী হিংহৌরিবা
ইরৈবাক্কীদমকনি---লাকখিবনি মখোয় পুন্না
খল্লুবদা নীংঙমদে রামৈ চাকলে লকা খোম্না ॥

অচুপৈ তাম্হোকখি মৈত্রবাক্কী য়েক্লবা
পাথো গম্ভীর নরনা নিংথি তুরেল রাংম লান্না—
অঙ্গো চীংনা লোইখমনি কবো তম্পাক মৈত্রবাকনি
য়েন্দাবোদা শিন্নখি লোইপোৎ কানা ঙাকখি অরা'
মৈত্রবাক্তি মাঙখরে লোইপোৎ কোকখি ভারতনা
ঙসি—নখোয় শরুনা লোইখম ঙাকপা হৌবনি।

ইন্দ্রাল

এপ্রিল ১৯৮০ ইং

৫৮

# জগোইদা ভাওরি

জগোইদা ভাওরি, চেপথ-চেপথ য়েংলি—কনানো
শিব-তাণ্ডব জগোইনি---মালেমসি হাইরি থক-খা
ডমরু খোঞ্জেল পৃথ্বী থক থক নিকলি করিনো
প্রলয়গী জগোইনে ভাওরে মালেম হাইরে থক-খা।

পোইরৈ লমদি কমদৌখি পাখঙবা ফম্বাল কাঙৈদা
সনামহী সনাহল মালেম লেপত্রে হাইখিদো
কিবন-নিক্ল' পাখংবা গুরু মানা মকনখি
গুরু মাগী ময়াথং সনাহল পুক্লীং ফাথখি ।

জগোইদা ভাওরে তুমিন লৈখ্রে মালেম মপু
খাম্বিনবা লৈত্রবা লাই পাখং-লৈশা কয়ানা
য়া য়া বা বা নোক্লী খেরী খাম্বীন' লৈতনা
কনানা কপ্লি, শোল্লি---কদাইদা লৈখ্রে মালেম মপু

প্রলয়গী জগোইদা শিব-তাণ্ডব খোঙথাংনা
দম্বং দবং থীল্লি লেপত্রে হাইরি মালেমনা।

ইক্বাল
এপ্রিল ১৯৮০ ইং

৫৯

# ঙসি ঐগী নুমিৎনি

ঙসি ঐগী নুমিৎনি
হৌজিক ঐগী তাঙ্গানি
চৎখ্রো নখোয় অপুম্বা
তিনখ্রো মম্ল' মতম্দা লোইনাইদ্রবা

হায়খিবা রা হোংদবা
ইজ্জৎকীমক থবাই-থাবা
নখোয়গীনি নহানগীনি
লৈইরী কাল চক্র ওইরক্লি ঙসি ঐগী

মীনম্বা ঙাঙবা হায়খিবা রা ঙাক্তবা
খুদোংচাবা ফংনবা মপা মমা হাৎঙম্বা
খুদোংচাবৈদমক্তা ইজ্জৎপুম্বা থাদোকঙম্বা

খুদোংচাবা থিবনা ঐগী ধর্ম্ম ঐগী সত্যানি
কালগী চক্র লৈইরি ঙসি ঐগী নুমিৎনি।

সাহিত্য পরিষদ মীফম ১৯৮১
কবি সম্মিলনীদা পাথিবা

ইম্ফাল
জানুয়ারী ১৯৮১ ইং

৬০

# মচা অমা মাঙখরে।

হো কনানো শিরিসে—য়ুম্নাম লৈকাই মেরানি।
কৈদৌদনা শিবনো কয়া কুইনা নারম্মী!
না-ছুনা শিবা নত্তেদা নোংমৈনা কাপ্লম্বনি।
মাগী করি মরালনো মাবু মথোয়' য়াওবরা
নহালবাইদি য়াওরম্মী হৌজিক্তি তোক্লে হায়বরা
মাবু জোরো ওইবরা সি আই ডি নি হায়বরা?
মথোয় মুভাইনদ' লৈবরা মাম্লে হায়না কাপ্পরা?

হায়রিমথৈ পক্লেদো অশিবনা মাঙজরে
রারী শা-ফাও কিনরে হংজরুফাও ঙম্রদ্রে
অহায় অহায় চুমলেদো অচুম্বদতি খঙদরে
নোংমৈ পায়বা মীহাৎপা মাম্ভু কনানো খঙনদে
মাবু ষ্কা'স্থু ঙমদরি কনানা মাবু থিরুদে
মমাত্তদি কপচরি মচা অমা মাঙখরে।

সাহিত্য পরিষদ মীফম ১৯৮১ দা পাথোকখিবা

ইম্ফাল
ফে: ১৯৮১ ই:

৬১

## নঙ অমসু লৈরি

হৌরো হৌরো য়াহৌরো থেঙথরে
তুমহনা লৈরম্মু থেঙলে থেঙমল্লে
নমাম্নবা 'পুম্বা লোইনা হৌখরে
কে-না মৌনা চংখরে শামায় হাপ্না

থুংখরে মালেম মরোল তরামর্রি
য়েৌথরে মঙালগী ২পৈ মখোয়দি
লৈরি হৌজিক ফমচিং চংনা নঙতদি
হৌগংলো লেপথংলো, চংলো থুনা য়াঙনা

থাংলো খোঙকাপ লাওনা চংলো কান কাননা
হেনগংলু মখোয়বু চংথ্রবা হান্না
নমায় উচ্চ' ঙম্নবা নঙস্থু লৈরি
লাউরুচো মালেম মিটিন্দা নঙনি

খ্বাইনা হুন্দোকপীরবী কাওথরবী
মখোয়তা নত্তে নঙ অমস্থু লৈরি।

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮১ ইং

# অকিবা মঙনি

মঙলাননি মঙনি, অকিবা মঙনি
বাংলবা চীংদোন্দগী ওন্থরকলি
তার'নি শোয়দনা, মম্ল' লোক্লুংদা ;
নমথি-হঙাই তিংখং তুম্খৌ' থল্লবা।
চীংদোন্দা শান্নরম্মী নীংতম্মা
লাউরম্মী—ঐখোয়তনি ইখৌ-পোঙনা
হরাউ মখে লাংলিডৈ, চীংদোন্দুদা
খঙহৌদ্রে, নীংখায়রকলে লৈরি'পুম্বা ॥

য়ুহারারে, অখাক-অরাও তারকলে
মীরোল কয়া নোংলৈ মুংশিংনা হুম্লকলে,
চীং-নাপোম থম্না লেপ য়েংলি মোমোন নোক্লা
মখোয় পূম্বা নোক্লী খুবাক খূনা খূনা ;
য়ৈন-শুন' ওন্থরকলি মৈতৈ কয়া
মকোক য়ুংনা লোক্লুং তম্না মখোয় কয়া॥

সাহিত্য পরিষদ মীফম ১৯৮১ দা
পাথোকখিবা

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮১ ইং

# কানা কানি ঙাঙনখি

নোংমা য়েংলম্মী আকাশ স্নুন্দায় তম্না
হায়নৈ খোক্লে দেবী খুৎলাই তরা পায়না,
খুদোম্বী থিম্লে – "য়েংঙু য়েংঙু আদা—"
ঙক্লু শকফমনি অথাপ্পা নোংলক্পা।

মশেক মঙান ধন খুৎলাই তম্না পায়বী
কম্মো করি খোক্লগবা হায়নখি
হংনখি পণ্ডিত পুরাণ পায়বশিংদা
মান্নদে মখোয় পুম্বা পাউখুম 'মতা।

কনাস্নু খঙনদে করি পুয়ানো
শেংনস্নু খঙদে কনানা হায়বনো
তানৈ পাউথাঙ কৈথেল স্নুপী চিন্দগী
কুইদে নোংমা নিনিতা হায়নবনি।

চহি হৌবদা নিংথৌ অমা কাপ্পুনা হাংখি
পুয়াদা য়াওবা চুমলেদো কানা-কানি ঙাঙনখি

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

# ঈগী ঈচেল লেপ্তরী

নখোয়গী থোনা থাগত্তবা ঙমদে
নখোয়গী থোরাং কনা থঙবা ঙমদে ;
তারুই মায়পাক্লকপা খুদীং নখোয়না
হরাউবা মিহুন চোংই লকা ছাম্না
তারুবদা মায়থীবা পাউ নখোয়গী
রাখিবনা মিহুন চেনগুম চেনগানৈ ।
নৈহৎপিরবা কনাগী থম্মোইদা
কনা লৈরি নখোয়বু শোম্নদবা ।

লাংনা কোয়শিল্লবা লাঙ্গোয় চল্লবা
থাগত্ত' ঙম্বরা নখোয়গী থোরাং ।
থাগত্তনা লৈঙমদে নখোয়গী থোনা
ঈগী ঈচেল লেপ্তরী মতম চুপ্পা
শিংলি খুদীং চেল্লি, লেপ্পা লৈতনা
চামথোকপা ঙমলোই মালেমগী লাইজনা

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮১ ই°

ফোঙ্খ্রবা—"অনিথোক্লবদা"

## ৬৫

# থিরি হূমলি

শিরুবদগী হল্লক্লে যমগী থায়াক্তে নাম্বোক্লে
যমগী হূত কয়া কয়া চংলি মায়কৈ চাইনা চাইনা।
খুৎলাই লেংথোং নাহুন। য়োংহ্লীং ফলাং খুত্তা প.য়
থিরি হূমলি মফম খুদীং কদায়দনো নাম্বোকখ্রবা।

থোজালহৈবী মহাক। ঐখোয়বু অমুক কনবীরে
মহাকথকীদমকনি থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা
য়েক্লবা লাম্বা তৌরিবা—"রাশক্রী নীংহম্নজবোই
যাহল্লোই হিংনা হিংনা, লৈজদে শিব কিবা।"

নোংপোক ভারত লৈকোন্দা নায়তোম ডানবা মণি
মচাশিংগী থাংমৈনি থরায খুবাক্তা হাপলিবা
য়েক্লবা তুম্না মাঙহনখি নিংথি তুরেল বাংমা ফাও
নঙগী লীচাং তুংইম্না তানখায়নিদো য়েক্লবা

যমগী হূত কয়া কয়া চংলি মাংকৈ চাইনা চাইনা
থিরি হূমলি মফম বৈদা বদায়দনো নাম্বোকখ্রবা।

ইম্ফাল
নবেম্বর ১৯৮১

৬৬

# য়েংঙউ লমদমসিগী ফজবা

য়েংঙউ লমদমসিগী ফজবা শক্তম
চাখো লৈবাকসিগী হাউর হাউরবা
শেংখো মায়কৈ শোমগী ফজবা ফিরোল
চিনখো লৈকোনসিগী লৈরাং ফজবা।

মালেমগী স্বর্গনি স্বর্গগী নন্দন কাননি
অরাং-অপা লৈতবা লাইরৈবাক্কী কামতুহা
কাউঙমদবা মহাওনি মাঙনাইত্রবা লৈনমনি
কল্পবৃক্ষ মহাক্কী অনীংবদু থু হনবা।

ঈংল' তপ্লবা নোংলৈ-মুংশিং থাংদ' ঈপাকনি
উ-বা লৈ-শু মনামশীং মরাঙ কায়র' লমদননি
মতুদা লৈরক্কী ধর্ম্ম চেল্ল' তপ্ল' জাতি
অতুবু খঙবীয়ু ঈয়ায়দা লোংলি মৈগী চীং

নন্দন-কানন লৈরক্তা লোংলি মহু পাল্ল' খোইমু
পুকচেল তপ্লশিংগীলক্তা মাঙদ্রি নীংতম মৈরা।।

এ আই আর ০৫-১২-৮১ দা
পাখিবা।

ডিসেম্বর ১৯৮১ ইং

৬৭

# হায়বীয়ু কয়া কুইনা হিংখি।

হায়বীয়ু অতনবা জাতি কয়া কুইনা হিংখি মালেমদা
অকে অমৌ থল্লবা তম্থরক্লবা মিসর লৈবাক
মুঙাইবতা পাম্লবা নোম্নীংদ্রবা বেবীলোন
মরাঙ কায়রবা তল্লবা চাউথোক্লবা রোমান লৈবাক

কদাই চৎখি কদাই লৈখি কয়া কুইনা হিংখি
তম্থরক্লবা ব্যজন্টাইন মৌর্য্য মোগোল মাঞ্চু
নোম্নীংদ্রবা ক্ষমের—নক্রা ইতিহাস ওইখি।
নোম্বা কনবা মপাল ফরম্বা তক্রিবা মৈতৈ

কিবনা নিক্লখি তখেল তেখাও কবো ভ.রা
চীংবুরোই-তম্বুরোই ছানখি য়োখি মিংচৎ খাগী খাম্নন
মুঙাইবনা তম্থরক্লবা নোম্নীংদ্রবা ঙসিগী মৈতৈ
হরাউ-তয়াম্না হা-রবা অতনবনা খুতুম চল্লবা

হী-য়াই পুম্বা মুনবীগ্রবা উকংগা মাম্না থম্লম্বা
হিংখিনি কয়া কুইনা হিংখিনি কয়া কুইনা।

তাং ২৩-৪-৮২ জানুয়ারী ১৯৮২ ইং

এ আই আর ইম্ফাল লীটরেরী প্রোগ্রামদা পাখিবা

# কৈদৌদৈ কূম্লকনি ।

খুৎলাই পায়দ' মীদা লূমত্তুনা খুৎলাই' থাবা ঙব্বা,
মমাম্ন' খুৎলাই পায়বা উরগা কিত্তুনা লোৎপা
লোম্না নাথৈত্নুনা চেনবা মশক উৎপা ঙমজদবা
অশোনবদা হিংচাবা অকনবদা তীল ওইবা
পাঙদ্রবা কয়া কোয়চৎ চৎলি লোম্না মশক লোত্তুনা ।
ছুরান লাম্না তৌরিবা মায়রোং য়াবা ঙমদনা
লুম্ফু হৈবা পাঙদবা খা-জরি প্রজা কনানা
খুৎনেক খুৎসি তোল্লবা শোন্নবরা অকন' হায়না ॥

কদাইদা লৈব্রে ইজ্জৎ কৈদা লৈব্রে মুপা থোকপা
কৈদা লৈব্রে সনাতন ধর্ম্ম কৈদা লৈব্রে জিবনু মুংশিকা
মতমগী চক্র' লৈইবদা য়োরক্লবরা শাগী রাজ্য
হুজিল্লক্লবরা মীওইবা শাগী লৈবাক্তা ?
মাঙথরক্লবা ধর্ম্ম কনবীনবা অথোইবা ঈশ্বর
কৈদৌদৈ কূম্লকনি, মালেমদা ধর্ম্ম ঙাক্লবা ?

জুলাই ১৯৮২ ইং

৬৯

# "অশিবগা ৱা-ফংনবা"

অশিবগা ৱা-ফংনবা অচুম অৱান লেপ্পবা,
অহিংবা তাইবঙসিদা অমুক্ত-ফাও তা-থিজ্রি
হিংলিবশিংনা হায়জিল্লি অহিংবতনা মহায়নৈ
মাগী মরাল অতুনি—অতুগীদমক্তা হাংপনি
হাংলিবা মীনম্ হায়দে তাক্লক্তে মীনম্ শিৱবা
উহৌবনম্ মহায়দে অতা-বতনা হায়বনি
অতা-বতনা লেপ্পী অতা-বতনা হায়নৈ
মথং মথং হায়নবনি মথং মথং শন্দোকপনি।

ঙসিদি ওইদবদো ওইরে অশিবম্ ৱা ঙাওলে—
তা-রো অচুম খঙনবা খুল্লবদি থম্মোই শেংনা।
অমুক ফাও খুম্লক্তি অশি লৈবাক্তে লাক্লুনা
"ঙসিদি তারো অহিংবশা পীগনু মরাল অশিবদা
খুম্লক্লরোই খন্দুনা; শিবৈই কিবা লৈহন্দনা
হংউ অউবদা-মীহাংপদা খুম্মু হায়না থম্মোইশেংনা।।

জুলাই ১৯৮২ ই·

## ৭০

# শারৈবাক্

ঐসে মীনি মীওইবনি—উচেক নত্তে শজি নত্তে,
মী, মীওইবা তাইবং মী—নত্তে শাদাম্ন'শা! নত্তে
মীনি, তাইবং মীনি, নখোইগুম্না মখোঙ্ অনি পানবা
করিগী কাপলি নোংমৈ, লুমহুনা লোম্না লোম্না ;
নথৌনা লৈরগা থোরকউ মাঙ্দা কেপ্লোরাও
পায়নসি মতীক চাবা খুংলাই চপ মান্নবা
য়েংনসি ক্ষেত্রী মচাগী থৌদাং নিয়ম চুম্না
করিগী ওইহরি পাঙ্দবা কা-পুরুষ লোম্থুপ্নবা।

চাবা য়াবস্থ নত্তবা চানদবা শা ফাওবা
কাপ্নদে হাংনদে শাদানবনা লুমহুনা লোম্না লোম্না
খুদোংচাবা পীদনা মশাবু কঞ্জনবা
কাপ্নদে চানবা শা ফাওবা শাদানবা মীনা
শাগী শাজং চংলবা শা ওইরবা মীওইবা
লৈপ্রে মীওইবা সমাজ বাংমদা শারৈবাক্তা।

জুলাই ১৯৮২ ইং

# মহাম্তা তারি ইমা লৈবাক্কীদি

তা-রে তা-রে ঐস্ম তা-রে
মানা হায়রে নঙস্ম খঙলে,
হন্দক্কি হায়নরে ফংলনি শোয়দনা
শোয়দ্রবনি শোয়দ্রবা হায়রবনি মহাক্না।

মীরান্-চানা লাকচররোই
শুফম্ নোমফম থক্ রাৎলরোই
আশা কয়ানি অবা অনা কোক্লনি
চাথুং-ফিথুং রাৎলরোই য়ুমলৈ কৈরৈ ফরনি

নোংদম্বনা তমলে ওন্নবা ঙাক্তা
লৈবা ঙমদ্রে তঙ-তানা থম্মোই ঈংনা।
মাচ খুদীং চাক্তাংবা মহামারী
কনাগীদমকনো হাৎনরী থিন্নরী মুন্নরী।

হায়নরি মখোয়পুম্বা লৈবাক্কীনি
মহাম্তা তারি ইমা লৈবাক্কীদি ॥

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

# "অশোক বন্দা সীতা"

অশোক বন্দা রাজরবী সীতা
জনকী থাদোয় শকহেনবী জানকী
শরদ্ধা উস্তনা কৃপ্লবী মৈথিলী
হিজরি নঙগী আশানা
থম্মোইসু রাং'ল উথিনি মাবুতা
কায়ন-মৈশা লাংলবী
য়েক্ল-লাঙ্গোয় চল্লবী
কয়া রাংলি নহাক্কী দশা।

নিকষা মচাগী থাঙওমদরে রঘু নিন্দা
থম্মোই কায়রে জানকী রাজরবী
থোকথ্রদরা থরায় হকচাং পোলাং থা-না
আশানা হিংজরি রঘু কোলোয় থম্মোইদা
সতীগী গুণা হেনঙমদরে মন্দোদোরী পতি
উং ওইরনি সনা লঙ্কা থ ম্লবা ম ণনা।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৬৫ ইং

৭৩

# খোয়রাংজবা

মসম্তুগী লৈরাং পোমশাংনরি লৈহীনা থন
শরদকী হৈরাং হৈজীং ফা-রে খোম্মীং কা-না
কদাইদা লৈখ্রে থম্মোই খোইমু লৈপাম্বা
কদাইদা লৈখ্রে থবায়গী থরায় মুংশিবা ?
পীজনীংবনা ঙাইঙমদা, কচ্চনীংবনা থম্মোই থন
টিংন-বাখল-পন্থেংনা, লাইবকচাওবী ঙাইজরি থম্মোই কানা
লাক্লরোইদ্রা শকহেনবা মুজা থম্মোই মীওৎপা
লম-জনগ্রবগে কদাইদা ঙাইঙমদ্রেকো ঐহাক্কী হে মুংশিখোইবা

ঐগী করি ইরালনো মাগী করম মগুম্লো
এগীদা লৈতবা করম্বা শকহেনববু শুম্মাংঙম্বা
লাইবকচাওবীবু কাউহনঙম্বা মাগীদা করি লৈবনো ?
এজগী লৈতঙ্গায় বন-জঙ্গল তিংথং-তুম্বো কিহন্দবা
থম্মোইগী থম্মোই ফাখিবা মাগী করি শক্তিনো
বিধি নহাক্কী নোংদম্লা রাৎপনরা ঐনা নীংজবা ?

ইস্কাল

আগষ্ট ১৯৭৩ ইং

৭৪

# কৈদোঙৈ খোঙদানি

মীরক্তগী মীথোই-মঁহেনবা হে পুরুষোত্তম
কদাইদা লৈগ্রে নহাক্কী লাইরৈবাক্কী দেবকন্যা
ৱাশকখিবদাই নহাক্না ওইহনগনি মালেমসে স্বর্গধাম
যুগ যুগ খুদীং শাইগুনবা ওল্লবরা মালেম লৈমা

অতুঙৈ ত্রেতা যুগতা দুর্ব্বাদল শ্যাম ওইবা
রাম ভগবান শাইগুন্দা মালেমগী মিংয়েং খাঙহনদা
লৈনুংদা চঙখি দেবকন্যা সতি সীতা
হোংবা লৈতে হোংবা লৈতে লৈখি মালেম ওইদনত

হে পুরুষোত্তম ! মীরক্তগী মীথোই-মীহেনবা
কৈদোঙৈ খোঙদানি লাইরৈবাক্কী দেবকন্যা
বসন্ত লাকলে য়েন্নীং হুল্লে যুগায়না শাংলে
লৈনন্না হা-রে মালেমসে ওইরে স্বর্গধাম

কদাইদনো ফীশেং শেংপী থম্মোই য়াওনা শেংলবী
খ্বাইনা শোম্নবিবী লাইরৈবাক্কী দেবকন্যা।

ইম্ফাল
জান্নুযারী ১৯৭৫ ইং

৭৫

# ইনুঙম্লরোইদ্র

থেঙলে থেঙলে হৌগৎলে' মোইবুং সিঙ্গা থোংলক্লে,
সংকীর্ত্তনগী খোঞ্জেলনা মাগৈপূম্বা নিল্লকলে,
ঢোলক্কা দ্রং দ্রং, দফটনা দফ দফ, পুংনা তাং তাং
ঝালনা জম জম, মাঙ্গনা থ্বায় থ্বায়, কোর্ত্তালনা ক্রাং ক্রাং
নিল্লে মাগুব শৈহেক শৈবাং মোইবুং খোঞ্জেলনা
অমম্ভা ওইনা থল্লে আকাশ হরি ধ্বনিনা
কদায় ঐগী থ্বাংজেৎ কদায় ঐগী নমথাংনা
থেঙখরে নংহৌরবোই লৈ কৎপা ঐনা।

ওম্থোকপনি তামখরে নৌরবা নোপুর খোঞ্জেল
লাঙতক্লবী রাধিকা বাম্থখরে কুঞ্জদা
রাস মণ্ডল মাগুবতা ওম্থোইরে ভক্ত হিক্লা হিক্লা
ভক্তি পিরাং ঈহৌনা তুংইন্দুনা বাশি খোঞ্জেল
তাম্না তাম্না ইল্লি থম্মোই খোঙথাংবা থোক্লক্কবদা,
হিক্লা কপ্লি খল্লুবদা ইনঙম্লরোইদ্রা থম্মোই ফাওনা।

কারোক

এপ্রিল ১৯৭৬ ইং

# নৈমায়দা ওল্লে গৌর রাইসে

বসন্ত ঋতুনা লাকপদা অনৌবা য়েন্নীংনা হুল্লে
সুরধনী গঙ্গা মপান অনৌবা শক্লোন লৌবে
গৌর প্রভু উরুবদা সুরোধনী মোমোন নোক্লে,
সংকীর্ত্তন খোঞ্জেল তারবদা গঙ্গা ঈথক হৌরক্লে
ভক্তশিংনা ইকোয় কোয় গৌবনিত্যাই জগোই শারি
কলিযুগকী জীব লানবীগে হায়না গৌরদি
হরিগী নীংথিন্ন' কোল্লোয় মিংলেন শক্লী শোল্লি
"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ" হরি মিংলেন শোল্লি শক্লী।

কৃষ্ণ নাম্না অথোইবা লন্নি কলি যুগতা
হবি কোলোয় নত্তনা গতি নৈতে তাইবঙদা
ব্রজ ভাবপু ওইরক্লে গৌবচন্দ্র প্রভুদি
গদাধর উব'বদা নীংশিংলক্লে রাধারাণী
সুরধনী' যমুনা ভক্তনা ওইরে সখি
ভাবনা ভাওরে নৈমায়দা ওল্লে গৌর রাইসে।

ইন্দ্রাল

আগষ্ট ১৯৭৯ ইং

## ৭৭

# "ফিশেং শেৎপী"

ফিশেং শেৎপী য়েন্দায় পায়বী য়াঙবীথক্তা চেল্লিবী
লৈরাং লৈখল রাক্তনা য়েন্দায় চোম্না হাপ্তুনা
শবিক খোঞ্জেল তাবদা নংহৌররোই লৈরাংবী
খুৎলাম তোয়রী শ্রীগোবিন্দ—"নঙবু ঙাইরি ঐহাক্না।"
অরাং স্নখোঙ লানশিল্লে চেনশিল্লক্নী লৈরাংবী
পুমনিন নিল্লে মন্দিরসে পেরে শিঙ্গা শরিক্লা
বাসেশ্বরী মোমোনজৈ য়েন্দাই লৈরাং মিতারী
জগোই শারি ভক্তনা নিল্লে আকাশ লাইশোন্না॥

নখোঙ থম্বাল পীনৌও খোজাল হৈর নখোয়নে
পাপ্না থল্ল ঐহাক্নী চন্নফম লৈত্র' তাইবঙদা
চঙফম খঙদ্র' মালঙদা নাইতোম তার' লৈরাংবী
মাযথোং থম্বাল অমৃত নিজরিবী ননাইনে
কদাইদনো যুগোল মূর্ত্তি খিজরিনে থরানলক্তা
ফিশেং শেৎপী লৈরাংবী য়াঙবীথক্তা চেল্লিবী।

ইম্ফাল

নবেম্বর ১৯৭৯ ইং

# হুপ্রবদা ঐগী থম্মোই

হুপ্রবদা ঐগী থম্মোই নঙনা ঐগী করি লৈহৌরি
হুইঁদা গোপী থম্মোই ব্রজদা করি লৈহৌই রাধাগী
নঙনা মিরাগী খোঙ্জেলনি ঐনা মাগী থরায়নি
খোঙ্জেল খোক্তুবী মিরাদি থম্মোই হুপ্রবী রাধানি।

মিরাগী থরায়গী থরায় কৈদনো গীরিধর গোপাল
শিঙগী থম্মোইগী থম্মোই কদাইদা লৈগ্রে হা গোবিন্দ
নোপুর খোঙ্জেল ইল্লক্লি পাক্ল মোরু লাল্লক্লি
বাশি খোঙ্জেল তুং-ইঞ্জে চীংলোন মাপন লাল্লক্লী

নীংথিরবী বৃন্দাবন নিভৃত নিকুঞ্জবনদনি
নোপুরনা ঝন্ ঝন্ লৈইনা জগোই শারিবী
লাইবক ফবী কনানো বাসক শয্যাদা চেপলিবী
মমিং য়াম্বা কৃষ্ণনি খুংলাম্ তোয়না কৌরক্লি

অহুম্মুক্ অমতা ওইথরে শ্যাম কুচু লৌখরে
হুপ্রব' থম্মোইলক্কা থম্মোই খুদীং তিনখরে।

ইম্ফাল
জানুবারী ১৯৮০ ইং

# হৈনা নতুং ইঙ্গগে

হৈনা নতুং ইঙ্গগে ফিজি পায়না নহাক্নী
শেংদোক্লবা হকচাংনি চামথোক্লবা থৱায়নি
যোগপিঠ য়ৌজগে চরণ সেবা ফ জগে
থম্মোইগা লোয়ন পিরাংনা খুযা থম্বাল্ শেংজগে

পাপ চেল্লবা হকচাংনি লনমাঙলবা থৱায়নি
পঙথরবা ৱাখলনি চময়ব' থম্মোইনি,
শুক্ল' ময় লম্বীনি তিংখং তুম্বো থনবনি
লমজীং লম্বী তাকপীবা মৈৱাপায়বা নহাক্নী

অরোইবা পুনসি খোঙচৎনা কুঞ্জরাজ য়ৌজবা
ৱাধা কৃষ্ণ অনিগী যুগোল রূপ নীংথিবা
অরোইবা মিৎযেংনা উজবা হুবি কোলোয় মুংশিবা
অরোইবা নাকোংনা তাজবা যুগোল মুর্ত্তি নিংথিবা

অরোইবা থম্মোই লাৎচবা ফংনি থৌজালনা নঙগী
হৈনা নতুং ইঙ্গগে ফিজি পায়না নহাক্নী ।

ইম্ফাল
এপ্রি.। ১৯৮১ ই

৮০

# নীংবা কায়বা

নোঙাল্লকপদা নীংশীং হৌদ্রে নঙবু
শোঞ্জহৌদে নঙগী কোলোয় অমুক্তসু
উত্তরুই অয়ুক্কী মেঙলবা কোয়ৌ
যেংজকই ফুগাযনা শাংলবা লৈরাং

থল্লুদে নঙগী থুংশেমনি কদৌন্নুংদা,
লেম্ভোকলুই পুনসিগী অয়ুক ৱাবেমদা
ওত্তনা নীংশীংলুই অরাম খোৱাংবতা
নোম্লুই নুংথিল চুপ্পা হিংননবতা

তুমহনা হৌখ্রে নুংদাংপুম্বা ঐগী
নীংশীংলুদে মঙদাফাও নঙবু ঐদি
শোঞ্জদে কোলোয় চিলাং-খারাং ওইন-ফাও
পুনসি সম্ভা ওইরক্লবা ঐনি

নীংহৌদ্রবা নঙবু নীংজরকপা নীংব-কায়বতনা থল্ল' ঐনা
শোলহৌদ্রবা কোলোয় শোঞ্জব'সিসু তোক্লদ্রা নীংব-কায়না।

মে ১৯৮২ ইং

৮১

# "কদায়দা লৈ।"

ঈয়ায়দা ঈথকী জগোয়
উপালথক্তা উনাগী শাথেক
মিংকি কুম্মৈনি থম্মোই হূবা
মোমোন নোক্লী য়েংবা হৈবা।
ফজরবা ঈথক কয়া কয়ানা
তোর্ব্বান্দা য়ৈরি জপ জপ
উপাল থক্কৈই উনা কয়া কয়ানা
মালেম থক্তা কেল্লি পোপ পোপ

তোর্ব্বান্দা য়ৈরে ঈথক জগোয় লেপলে
মালেমদা তারে উনাই-শাথেক লোইরে।
কনাগী থৌইনশিন্না ঈথক্লা জগোয় শারিবা
কনাগী য়াথংনা উনাগী শাথেক উৎলিবা
কনানা থেংহল্লি তোর্ব্বান্দা কনানা কেলহল্লি মালেমদা
কদাইদা লৈ মহাক্লা মোমোন নোক্লা য়েংলিবা।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮১ ইং

# য়েংজবা ঙমজদে ঐনা

হায়জবা ঙমজদে মঙোন্দা
তমজনীংই পুক্নীংগীবা
হায়জনীংই ঐগী অৱাবা
হায়জবা ঙমজদে ঐনা।

নুংশি মায়থোং নীংথিজবা
য়েংজনীংই চিংনা চিংনা
মায়থোং থাদো পামজবা
য়েংজবা ঙমজদে ঐনা।

লোম্না লোম্না মিংচিনা
য়েংজে হুনা হুনা
পুক্নীংগী ৱা পুক্নীংদা হায়জে
নুংশি মায়থোং ৱাখলনা উজে।
হায়জবা ঙমজদে মঙোন্দা
য়েংজবা ঙমজদে ঐনা।

ইম্ফাল
তাং: ১৯৮১ ইং

## ৮৩

# "ৱাখলতা মঙায়রে।"

ঐগী পুনসি নঙগী ৱাখল
কায়নবনি ঐগী থম্মোই
অৱা-ন্নুংঙাই কয়াদি
হৌখ্রবগী ৱারীনি।
লাংওন্-লাংওন্ খুদীংমক্তা
হায়খি নঙনা ঐত্তগীনি
ওইৱরে ঙসিদি ঐগী
লাইবক্ থীবা ন্নুমিং অদো।

হায়রম্মী নঙনা হল্লক্খিনি অমুক্ ঐগী নাক্তা
তাম্না তাম্না য়েংজখি খুবাক লাইখল্ শানা
দলাই-চাকা উফুল্লক্তা তাম-খরে ঐগী পুন্সি
মিংফম-হোংদ-মিংল্লি তিংনা ঙসিফাও য়েংলি উবরা দলাই
ঙক্শম্ তিংথোক-নাপ-থাঙ্গং ঙসিফাও লেংঙদ্রি তাবরা খুরুপ খোম্থাং
অমুক লাকখিদ্রে নঙদি ৱাখলতা মঙাইরে নঙগী।

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮২ ইং

# নঙগী কোলোই নহাক্কী

লেঙদবা লন্দি নঙগী কোলোই
শোম্নে যোগী ঋষি পূম্বনা
ইরম্মী বেদ পুরান কম্বাদা
নহাক্লী,—নঙগী কোলোই নহাক্লী

তোঙান্ তোঙান্ নহাক্কী কোলোই
পামজনা কৌজে মানা মানা
শোঞ্জে মতমপূম্বা লেপ্পা লৈতা
নহাক্লী নঙগী কোলোই নহাক্লী

অরেপ্পা লৈতবা জগততা
পূম্নমক লোইনা মাঙগদবা
মাঙনাইদবা নঙগী কোলোইতনি
নহাক্লী নঙগী কোলোই নহাক্লী।

হে মাঙনাইদ্রবা পুনসি পোলোই ফাওবা
নহাক্লী নঙগী কোলোই নহাক্লী।

ইন্দ্রাল

মার্চ্চ ১৯৮৩ ইং

# নখোয় অনিনা জয় ওইরে।

নোংলক্তা কুপ্পা নোংথাংনি
নিং তথক তথক য়েংজৈ তহা তহা
লুম্ন খোঞ্জেলনা তুং ইল্লি
কীস্থরবরা আকাশ নাকল অমা।

অমংবা নোং শালঙ কুপলি
শুক্ল-মমলে, কৈদনো শালঙ মালেম ;
নোংলক্তা নোংথাঙ শাম্নরি
শাম্নবগী খোঞ্জেলনা থল্লে মালেম।

অপাম য়াই মুম্নবা নখোয় অনিগী
কুম্মৈনি কুম্মৈ নাংজবা কয়াগী
তত্তুনা উজগে 'শিগুম্বা শক্তমাদ
লাইশোম্নিনে পুনসিচুপ্পা মখোয়গী।

শুক্ল-মম্ন' নোংলক্তা নোংথাংনা তত্তুনা শাম্নরি
লাউরি মখোয়না— জয় ওইরে — নখোয় অনিনা জয় ওইরে

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮১ ইং

# হে কৃষ্ণ মদন মোহন

মদনবু শুদ্ধাৎপা হে কৃষ্ণ মদন মোহন
কুঞ্জগী লম্বীদা চৎলি-নীংশিং নীংশিং, ফজবী
রাধে- কৃষ্ণবু শুদ্ধাৎপী কৃষ্ণ মন মোহিনী
নোপুর খোঞ্জেলনা ঝন ঝন নিল্লে কুঞ্জবনগী লম্বী

কুঞ্জবনগী উচেক ৱাযা হৈ লৈ উপাল ৱাপাল
মবুঙো উবদা হবাও-জগোই শাবে ইনিন নিল্লে।
সঙ্কেত কুঞ্জ কদম মখোঙ ফজবগী হাযনিংঙাই ৈতত্বে
মোমোন নোঙ্গা বসবাজ কৃষ্ণ মুরলী নাদ তৌরবলে।

বাশীনা কৌবি, সঙ্কেত কুঞ্জ কদম মখোঙ তম্না
চেপ্লোকচরনই বাই তযাং ৎশোই তথক তথক
খোঙজিন্দা আযন খোঙ্গান্দা জতিলা কুটিলা
অহিংদা করম চৎকনি বন্দা শাগৈগী মৌনা।

লৈবাক সমাজ অহল-লমন থৌওইহন্দ্রে নঙনা বাশী পায়বা
নশুং-লাংগী ওইরে ৱাই—কলঙ্কীনী বাধা।

ইন্দ্র, ন
মার্চ ১৯৮৩ ই'

## ৮৭

# কৈদনো নঙবু ঙাকপীহৈবা

উপাই লৈত্রবগী উপাই ওইবা
তোল্ল' ভারবশিংবু কনবীবা
অচান মীরায় নাইদনা য়েংবীবা
হে থৌজালগী মপু থৌজালহৈবা।

কৈদনো কৈদনো নঙবু ঙাকপী হৈবা
পাপ্পা থল্লবা পাপচেনবা ঐনি
চঙজফম লৈত্রবা চঙজফম খঙদ্রবা
লম-মাঙনরবা পঙলবা ঐনি

চৎনা-চৎনা থোক্লক্তরে খোঙ থাংবা
উনা-উনা মমশিল্লকলে তাইবঙ মালঙ
য়োৗরক্লে য়াচঙবা পুনসি ঐগী
ইরালনা ইপোৎ ফারবা তোল্লবা ঐনি

কৈদনো হে থৌজালগী মপু থৌজালহৈবা
কৈদনো, কৈদনো নঙবু ঙাকপী হৈবা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮৩ ই°

# ঙাইখিগনি পোলোই ফাওবা

হায়রম্মী নঙবু থাদোকলোই
হল্লকনি লেপ্পা শোয়রোই।
মিকুপ অমা কায়নবা
খঞ্জে হৌথরে যুগ অমা।
ঙাইবগী ৱারবা থাঙওমদবা মৈচাক্পা
মৈরি হৌনা চাক্লে থম্মোই খোল্লা
য়ৌরে ঐদি থাঙজবগী ওমথৈ
লৈগ্রবরা মাবু ৱাখলগী ৱাংমদা।

লাকথিদরে মাদি অমুক হন্না
কাউগ্রমাল্লে ঐবু মানা
কয়া কুইনা লেনথিনি ওমচাক্পনা
ওইরে ঐদি লাইবক থীবী হুন্দোকপীরবী মানা

থাজদবা ওমজদে ঐদি মহাক্কী ৱা
ঙাইখিগনি পোল্লোই ফাওবা মানা লাকপা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮৩ ইং

## ৮৯

# ঐতনা নঙগীরা

অতুঙৈ হায়খি নঙনা নঙসে ঐগীনি
ঐনদি থঙজদে ঐসিবু নঙগীরা ?
পামজরুবা থঙজরুবা ঐতগীনি ঐতগী
থঙবস্থু পামজদে ঐতনা নঙগীরা ?

যমুনা খোংনুংদা কালিগী কোকথক্তা
নঙনা জগোই শাখিবা নুমিত্তুদগী
থাপ্পা উজবা নঙসে ওইগ্রবনি ঐগী, ঐতগী
কংগ্রবান থরাই-হকচাং নঙোন্দতা—

ঐগী ওইখ্রবা নঙসে লেঙদনা লৈরি
থাপ্পা নক্কা থম্মোইদা হকচাংদা ঐগী—
নুংশিজরুবা নঙবু কাউঙনদে ঐদি
অতুঙৈ নঙনা হায়খিবা নঙসে ঐগীনি।

ঐনদি থঙজদে ঐসিবু নঙগীরা
থঙবস্থু পামজদে ঐতনা নঙগীরা ?

ইম্ফাল
জুন ১৯৮৩ ইং

৯০

# ফজবগী ঙমখৈ

ফজবগী ঙমখৈ অমদা নঙগী
ঙাওজবনি পামজবনি ঐনা
নুংশিবগী পখৈ অমদা নঙগী
ঐগীসু শরুক য়াজবনি ঐনা ।

হে ফজবগী ভূংনফম ওইরিবা
নুংশি থাজ মায়থোং নৈলনম হার' কুঞ্জবন
নুংশিববু কোয়থুং থুংনা য়েল্লিবা
হানৌ'থল্ল লম্পাক নোংদোন থেংন-ৱাংল চীংদোন ।

উনা পুংল-উপাল লৈশাং তয়-শিঙেন
নুমিৎ থা থৱান তনিক তরং মালঙ
নন্দন কানন লময়াইদা ফজবৈই ঙমখৈ অমদা
আশা চাউনা লেপ্লী নুংশি পখৈ ঙাইনা ।

ঐগী শরুক য়াজরি নুংশি ভিক্ষা নিজবি
য়েংন-য়েংনা নুংশি শক্তম ফজবদো ঙাইজরি ।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮৩

# ব্রাহং

করিবু হায়না খুন্নসিগে নঙবু
করম্না খুম্নসিগে নঙগী ব্রাহং
অরোইবা ব্রাহং অমত্তা ঙায়রবা
থম্মোই কোচিনগী ব্রাহংদো থুপ্লবা ?
পুনসিগী অহানবা খোঙথাংদৈই ঐস্থু
হোৎনরক্লী খুমগেইনা নঙগী ব্রাহং
ঙমজদ্রি পাউখুম পীবা ঙসি ফাওবা
পাউখুমদো ঐতনা পীক্ষম থোক্লবা।

নঙতা নত্তে ব্রাহং অসি হংলক্লিবা
ঐতা নত্তে পাউখুম পীগে হোৎনখিবা
যুগ কয়া মীরোল কয়া হৌ-থরে
যোগী ঋষি মুনি কয়া ঙমথিদরে
নঙগী থম্মোইগী ব্রাহংদো থুপ্লবা
শোয়দনা পীগনি পাউখুম ঐতনা।

ইম্ফাল
ডিসেম্বর ১৯৮৩ ইং

# চিংবিয়ু খুজেং পালোইনা

কদাইদনো কদোমদনো ঐবু হে মুংশিথোইবা
শুক্রবন্দা পুবিরকলে ঐবু বাশী শুরনা
লম্মাঙনরে ঐদি শুক্রবন্দা লম থঙদ্রবা
বাশীগী খোঞ্জেলসু লেপখ্রে কদায়দনো নঙনা?

হে থম্মোইগী থম্মোই, ঐগী থবাই-মবুঙো
তোল্লবীগী বিধাতা শ্যামসুন্দর শকহেনবা
লাঙতক্লুরবী ঐহাক্কী নিঙাইদবা ইবুঙো
ওৎপীরম্মু অমুক হন্না লোত্তুনা উনারক্কো।

থম্মোই তনিক তনিক ঈথৌ লাংবী ঐহাক্কী
চেঙ্গরক্কী হাথু হাথু, ইকাই-ইকি রাংম-লান্না;
লম-থঙদ্রবা শুক্ল'বন্দা লম্মাংনরবী ঐনি
হে নিঙাইদবা! লৈবরম্মু লোন্না ইতৌ য়েংনা।

অমুক পম্বরম্মু, লেঙথোকপীরক্লো হে লম-জিংবা
চিংবীয়ু খুজেং পালোইনা নীংনবা কুপ্তম্না।

থৌবাল
জুলাই ১৯৮৪ ইং

৯৩

# ওইরমলে নঙতনা

ঐগীনি হায়নিংঙাই লৈজদে কনাস্থু
তাইবঙ ৱাঙ্গোল য়ায়সিদা
থিজরুৱে মালেম থুংনা
হংজরুৱে তাইবঙ ছীন্না
লৈরমদরে নঙগুম থোজাল হৈবা
থেংনদ্রে নঙগুম চানবী হৈবা
ওইরমলে নঙতনা খ্বাইদগী হেনবা
লৈরমদ্রে কনাস্থু নঙবু হেনবা।

থাজরমদে নহাকপু থম্মোইনা ঐগী
খল্লম্মী ৱাথলনা নঙতা নত্তে
তাইবঙদা মালঙদা ৱাংকনি করিগী
খল্লুৱে মথোয়তনি নঙবু নত্তে
মিকুপ'মগী ওইরমলে মথোয় পুম্বা
ওইরমল্লে নঙতনা ঐগী খ্বাইদগী হেনবা।

তমেংলোং
মে ১৯৬৩ ইং

৯৪

# মঙাল তম্মা

শেংলবা আকাশনা কৌরি ঐবু তরামনা
অয়ুক্কী লিক্লানা কৌরি ঐবু খুৎলাম তোয়না
চৎলি অসিদা অয়ুক্কী লংলবা মঙালনা
ভুংইল্লি ঐহাক্লা অমম্বা অহিংফাও লেপ্তুনা।

কনানা ঐবু চঙজফম পীনি অমম্বলক্তা
ঐহাক্লা খঙভী অমদি লৈরি চঙজফম পীবিবা—
মহাক অদু কনানো, নঙনা মাবু উবরা ?
মহাক্কী লোত্তুনা লৈ মিংয়েংগী ৱাংমদা।

কনানা ঐবু চঙজফম পীনি অমম্বলক্তা
ঐহাক্কী খঙই শোয়দনা লৈবনি মহাক্কী
ওইর’সু-নঙগী মিংয়েং ৱাংমদা উওমদবা
পীবিনি চঙজফম্ মানা অমম্ব-লক্তা।

অদুনা কিজদে কনা ঐনা অমম্ববু তরামজে
অয়ুক্কী মঙালতম্মা ঐনা অমম-লক্তা চঙশিঞ্জে।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৭৪ ইং

৯৫

# লাইরৈবাক্কী জগোয়শাবী

ঘাটকী মনাক্তা তাম্না
ইম্নকুই অকোয়বী ফনেক অমা
খঙহৌদনা থাপতোকখি লাপনা
মাঙখি-পাক্লবা লম্নহাংদা।

ইম্নকুই লৈচিল্লদো ৱাংনা
আকাশকী থোঙ্গাল লান্না
ঐনা উখি অঙাং অমা
শান্নরম্মী থৱান-লক্তা।

ফরাউ নোমোন জগোয় শারি
তান্না ঐবু খুংলাম তোয়রি,
উজরে ঐনা উর্ব্বসি মেনকা
ফজরবী নীংথিবরী ঙাক্তা।

শাবি জগোয় মশোয়গী শৈহেক্তা
অঙাংগী অকোয়বদা থৱান'লক্তা।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৭৬ ইং.

# শেংলবনি নঙগী লক্ষ্মী

ঐগী মুংশিথোইরবী নঙগী লক্ষ্মীদি শেংলে
কদোম্মুংদা ঐহাক অপনবা পীরোই নঙোন্দা
ঐনা ৱাশক্লী ইগুণ ঙাক্লা মুংশিথোইরবী
খঙঙু ঐহাক ক্ষেত্রীনি অকনবা শাগৈদা পোকপনি।

হায়খিরা ঙাকপদা শিবা কিজ্রবা ঐহাক্লী
ঐগী পোকফম ঐগী লৈফম ঐগী লেমজনিঙাইনি,
নঙগী নীংজ'-পামজ'দা অথিংবা ওইরোই ঐনা
হে মুংশিথোইরবী ঐনা হায়রী অমুক হন্না

কদোম্মুংদা ঐহাক অপনবা পীরোই নঙোন্দা
কায়দোং উশা থিবদা পাক্ল' অতিয়া ছুমছুনা
ঐনা য়েৎলোই ঐনা য়েৎলোই মফম কৈদা
শেংলবনি নঙগী লক্ষ্মী থিংলরোইনে ঐনা।

অহাঙবা আকাশতা অথিংবা লৈতে অথিংবা লৈতে
মহাক্তি পাইখরে থম্মোই অতিয়াদি হাঙহৌরে ॥

ইম্ফাল
জা: ১৯৭৫ ইং

৯৭

# কদোমদনো

পাক্লবা আকাশতা মুমিংনা ঙাল্লি
শেংলবা অতিয়াদা থানা থোক্লি ;
থবানগী মিংথক্তা লৈচিলনা মায়খুমনৈ
থাজমু লোংলি—মুমিংমু লোংলি লৈচিলগী য়ুথলনা।
নাইতোম পাইবা অমু কায়েল
মথক্তা লাউরি সুন্দ্রংগী মালঙদা
কনানা তারি কনানা য়েংলি
অদুবু তা-বা লৈতে উবা লৈতে।

থবায়না কৌই মালঙনা কপই।
তাইবঙনা খুমই মালেম্মা নোকই
কদাইদনো ঐবু কদোমদা চংকদবনো—
মালেমদনি মালেমদা চংকদবনি মালঙদা
লম্মাইদ্রবা মালঙনি ঐবু কদোমদনো
কাউগন্নু মুমিংথা থবাম্মা ঙাল্লি আকাশতা।

ইন্দ্রাল
জানুয়ারী ১৯৭৬ ইং

৯৮

# ঐগীনিনে নহাকসি

লেঙত্রবা আশানি ঐগী নঙবু উত্নুনতা লৈজবা
তুপ্না হিপ্পা নঙ তাইবঙদা নঙতগা লোয়নজবা
হিংলিঙৈদস্থু শিরগস্থু ননাক্তা লৈজবা
আশানি ঐগী লেঙত্রবা নঙগা লোয়নতুনতা লৈজনা।

চঙংনবা ঝাখল 'লক্তা চনৈনবা পোবন'লক্তা
চীকমাঙনববস্থু নহাক্না করিঙুস্বা মতমদা
ঐগী আশাগী পন্থুংদি লৈজবনিনে ননাক্তা
লেপ্লোরাউনে ইমাঙদা অহাঙ মতম মতমদা।

হায়জসন্থু মখোয়না ঐসি হেনোইনা পুববনি
ভাঙনসন্থু মখোয়পুম্বা ঐহাক অসে চাঙববনি,
নঙতনা মাঙদা লেপ্লবদি নাচুংবা লৈতে ঐদি
নঙতগা লোয়নববদি ইকাই-ইকি খঙদে ঐদি

থৌজু নুংদা লেপ্তুনা ঝাশকচরে ঐহাক্তি
আকাশ স্থন্দাই ঝাংনদস্থু ঐগীনিনে নহাকসি।

কাঙোং

এপ্রিল ১৯৭৮ ইং

৯৯

# য়োঙমদ্রেদো লম-থুংফম

চীংদোম্বক্তনি—লৈচিল'লক্কা লেপ্লী ইথস্তা
লোকচপ্তা চেল্লি থাইনা ঙংনা থেক্লা খোয়না
চীংয়াঙদনি উরক্কা মোংশোংলক্কা ইথস্তা
মাঙগী খুঞ্জাও য়েৌনবা চৎলি লেপ্পা লৈতনা।

হাইথরক্লি চীং নাপোম তারমদাই মুংশারক্কা
তা-রক্লে হরাও-পুংখোল "তুং তুং" মালঙনা পুরকপা
হরাওজৈ এৈনা খিস্তুং লমথুং-নক্লক্লে থনবদা
লৈবাক-শিংন--চিংন চৎলি রাবনা শদো থোংলবা।

থাইগী খোঞ্জেল "রায় রায়" হরাও পুংখোল "তুম তুম"
রাখলনা শেম্বা মঙলান্নি হেলোইনা পুর' এৈহাক্নি
লমলৈমনা পুর' কনানা চৎখৈ চৎল' হান্নে 'ফমদা তাঙুম
মঙম শান্দ্রে এৈগী খোঙচৎ ইয়োময়োদ্রে লম-থুংফমদি।

নোংলৈ মুংশিং হোৌরক্লে অথাক অরাও তারকলে
লোতাঙশঙদা লেনবা তাখি তা-না তা-না হরাও পুংখোল।

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৭৯ ইং

# মৈঙাল অত্থ

অমম্বা লম্বীদা চৎলি, শিক্কুনা নাল্ল' লম্বীদা
নোংম্থ তক্তুনা চুরী—মুংশিংম্থ কয়া শিংলি
চৈশু-য়াওদে, ছাটিন য়াওদে,—শীক্লী চোৎল' লৈখোয়ক্কা
শোল্লি মুরুম মুরুম কয়া ৱাৎলি লমথুংফম
অথাপ্পদা উরি মৈঙাল অমা শেংফাক্তুনা মিক্তা
নোংলৈ-লক্কা অমুকম্থ মাঙথি—অমুকম্থ উরি-
চোৎল'-হকচাং ঈংলে-শরুফাও উয়ক্লে ভাবকী মিক্তা
লুম্ন-ফোঙফোঙ-শার-ফুঙ্গা কদাইদনো লমদনফম।

চে'ংন-নাল্ল' লম্বীসে ফৈন-য়ুংনা-তুরোইনা
কাফৈ কাফৈ চৎচরি মৈঙালহুবু য়েংহুনা
অৱাবা 'তমদা উজবা নুঙাইবা 'তমদা মাঙখিবা
মৈঙালতনা লমজীংলি—মহাক্তুনা লম্মাংহনবা;
লোইনাইদ্রবা লম্বীসে করম 'ফমদা থমগবা
য়োনাইদ্রবা লম-থুংফম করম কান্দা য়োগবা?

ইশ্কাল

ফোঙথ্রবা—অনিথোক্লবদা

সেপ্টেম্বর ১৯৭৯ ইং

১০১

# লায়রবীগী য়ুমদা

লায়রবীগী য়ুমদা নোংমা লাকখি নঙনা

লৈজদে মতীকচা' ফিদা থাজখি শেগায়রা' ফক মচেৎ অমা

ফমখি নঙনা মোমোন নোক্লা

য়েংজখি চিংনা—পিনা চোৎজ' মিৎষ্লানা।

মল্লবা অহিংনি শেগায়রবা থাংপোক্তা

মুশি-মুশি ঙাল্লি উচান মৈয়া অমত্তা

নিংথম কা-ন্থী থাঙজরি য়াই শক্তি মৈথুরক্তা

"লায়রবীনি য়ায়োন্নু নোক্লবীনু শকহেনবা।"

নঙনা হায়খি মোমোন নোক্লা নুংশিনা

"লা-মলে ঐদি লা-মলেনে করি লৈবগে নহাক্কী?"

"পাল্লাউ অমত্তুং লৌজরি হুয়া শুরে হেল্লকপা,

চরা নোংথম্লজগে লৌবিয়ুকো লৎনদনা।"

মোমোন নোক্লা হাবিখি হয়াউজখি লায়রবী

অরাম থৌরাং কোকথরে লাওখিদরে মপোক্তুমা।

ইম্ফাল

জানুয়ারী ১৯৮০ ইং

১০২

# কদাইদনো মহাকপু

ডাইনা ডাইনা লোইশিল্লকলে পুনলি অলি হৌখরে
হৌজিক ফাওবা খঙদরি কদাইদনো মহাকপু ;
অরেপ্পা খঙদে কনানা শোয়দনা ময়োম্বক্ত্রা ?
শোক্তি শক্তি তত্তনা মুনি ঋষি কয়ানা।
কৌনা কৌনা লেল্লকলে খোঞ্জেল ফাওবা মাঙলক্লে—
করম' কান্দা খঙগনি – কদোমদনো মমদমছু
শোয়দনমক উগত্রা হায়বা ওম্বা য়াওবরা
যুগ কয়া শোল্লক্লী লেপ্তনা তাইবঙ জীব পুম্বনা।

থাগৎলে মাবু শোনবনি চৈরে মাবু নীংশিংবনি
অথঙবনি হায়জবা কনানা অশিংবনি হায়নবা মখোয়না
হায়রী—মাগী লৈফমদ্দি বৈকুন্থনি গোলোকনি—
স্বর্গনি ; অদুবু কদাইদনো বৈকুন্থ গোলোক স্বর্গনা ?
থাখলনা শেম্বা থাখলত্তদা লৈবা য়োনাইদ্রবা মফমদা
থম্মোইতনা খঞ্জবা থম্মোইদা লৈবা ফংঙমদ্রবা মহাকলা ?

ইন্দ্রাল

জুলাই ১৯৮০ ইং

# কদাইদনো তাকপীয়ু

প্রলয়গী নুংশিৎ শিৎলক্লে প্রলয়গী মৈনা চাক্লক্লে
মালেমনা দোষি ওইদুনা সমুদ্রনা থাউ ওইদুনা
মায়কৈ খোন্না চাক্লক্লে অতিয়া পূম্বা মম্লক্লে
মৈখুনা থল্লে অহাঙবা আকাশ, য়েংলি ঐনা
সনজীংদা লেপ্তুনা তরঙদা লুপথিদোরিবা।
শোঞ্জরি লেপ্তুনা খজিক্তুং ফংলি তাঞ্জাদা
হরি কোলোয় নীংথিবা তাইবঙ ঈপাক লান্নবা।
মালেমনি অনৌবা অনৌবা য়াওন লাকপদা

কদাইদনো তাকপীয়ু হরি কৌবা নহাকপু
প্রলয় নুংশিৎ শিৎহনবা প্রলয় মৈবু চাকহনবা
অরী-অনৌ থায়রিবা মতমগী চক্র লৈইরিবা
থম্মোই শুম্নাং শক্তমদো উহনবীয়ু ঐহাকপু
হরি কৌবা নহাক্লী অনিনা অমা ওইরিবা
অমনা ময়াম ওইহনবা ময়াম্না অমা ওইরিবা।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮০ ইং

১০৪

# ঋতুরাজ বসন্ত লাকলে

ঋতুরাজ বসন্ত লাক্লে—বৃন্দাদেবীনা ওকচরি
নাংথিজরে বৃন্দাবনসে থম্মোই হূরে ব্রজ গোপী
লৈনম্মা হা-রে কুঞ্জবন মালঙনা লিরি হুম্লক্লি
পোন্দশাংনবী লৈরাং তম্না খোইমুনা ঙংনা পাইরক্লী
বনগী লৈরা না হংলি—"কদাইদনো ইনুঙো।"
কুঞ্জগী চেক্লাং। হু কৈ "নঙবু কৈদনো?"
বসন্তনা লাউরক্লি—লেংলক্লেনে ইবুঙো।
মালঙবনা পাউজেল্লি "ঙক্লরোনে ইবুঙো।"

নোপুর খোঞ্জেল'লক্না থুজি নাচি তাংশানি
সনা মচু ফিগোল শংবানবী শারিনি
মালঙ তাইবঙ পূনবানি থম্ম, মাস্থ ভিনবনি
বসন্তগা লোয়ননা ঋতু তকু থোৗগাল্লি
হৌগ্র' ঙইরি' লাক্কদৌ' অমথক্না ওইবন
লেংলি' পাল্লি' লক্না লেঙদ' মানা লৈবানি।

ইম্ফাল
অক্টোবর ১৯৮০ ইং

# নোংমদি উগনি

ঐসি নওগী পুনসিনি
য়েংউ পাক্লবা অতিয়া শিন্দুংনা
নৈরি ঐদি নওবু য়েংদুনা
অশেইবনি ঐনা নওগী থৱায়নি।

উরি ঐদি নওনা য়েংলি
থাসি 'হিংদা নমিৎ লাওনা পাওদুনা
"কদাইদনো" য়েংলি নওনা
লেখমক খওই ঐদি, নওনা তারি,

লাওল' তাইবঙ মালঙ লক্না
কদায়দগীনো মির খোঙ্কেং অসে
নওনা খওদে নৈরি নৈদা
থম্মোই শুদাং শুক্নৎলিবা শত্তমসে—

য়েংউ অতিয়া মকোয়দা নামিৎ কুপ্পনা
নোংমদি উগনি নও থৱায় ঐসে লেপ্পা।

ইম্ফাল
অক্টোবর ১৯৮০ ইং

# কদাইদা লৈখ্রে শকউদবা

ঙসি ঐগী ইন্দোন লৈত্রে
স্বর হোল্লম্বা হোনখিদ্রে
লেঙঙ খোৎলম্বা তোকখ্রে
মা ঙাঙখিদ্রে লেঙখিদ্রে।
মপান্দ. লাঙলি ময়াম
শেমলি অচম্বা শন্দুক
ঙসিমক তোর্ব্বান য়াঙবীথক্তা
চাকগ্রগনি হবচাং উৎ ঙইনা।

ঙকই থল্লুবদা কদাইদা চৎখ্রে স্বর অতু
করি লমদম য়েৌখরে মাগী খোঞ্জেল অতু
উরম্বা তা-রম্বা লেঙলম্বা কদাই কদাই চৎখবে
মৈনা মৈদা ঈশিংনা ঈশিংদা নুংশিৎনা নুংশিত্তা
তিনগ্রবদি আকাশ পৃথিবী পুন্নমকপু শীল্লম্বা
থৌদারম্বা পুনশিন্নম্বা কদাইদা লৈখ্রে শকউদবা।

ইম্ফাল
জানুয়ারী ১৯৮১ ইং,

# চঙজফমদু কৈদনো

কদায়দনো ঐবু ঙসি কৈদনো
উমং রামং উখোং থল্লে সিফাইন।
লাঙ্গোই চল্লে চেনফম লৈত্রে ঙসিদি
যমগী দুতনি লাক্লবনি ঙসিদি।
হোংনহৌদ্রে ইদোম নাম্থোক্লবদো
হোংনকবে মখোয়গী দমক্তন।
মখোয়দি চংখ্রে ঐবু থাদোক্কুনা
চেংখ্রে ঙম্না হন্ন ফাঙ য়েংলমদনা।

ঙাঙলবা মিংনি কিববা শকফমনি
হিংচা য়াইতম্বনি ফংখিদ্রবনি
কদাইদনো ঐবু ঙসি কৈদনো
হায়নৈ অনাদ লৈর চঙজফম 'মা
য়োঙমদে যমগী দু ত যমগী সিফাইনা
মীরক '্সদা চংজফমদু কৈদনো ?

ইম্ফাল
ফে: ১৯৮১ ইং

# কৈদৌঙৈনো য়োগদবা

পামজবা নঙগী নকাদা কৈদৌঙৈনো য়োগদবা
লৈজ খিবক থা দোক্কুনা নহাক্তবু নীংজবনি
শাগৈ' মৌনি খল্লুদনা নহাক্কুবু পামজবনি
নুংশিজবনি ঐনা নঙতবু খ্বাইদগী হেন্না
পামজবা নঙগী নকাদা কৈদৌঙৈনো য়োগদবা
ঐগী থব্বাযস্থু নঙগীনি হকচাস্থু নহাক্কীনি
বাখলস্থু নহাক্কীনি ঐগী পুক্কীংস্থু নহাক্কীনি
লৈজ খিবক ঐগী কচ্চবনি অখাকপা কৈদৌঙৈনা।

কদাইদনো নঙবু ঐনা খ্বাইদৈই হেন্না পামজবা
কদাইদনো নঙবু ঐনা খ্বাইদৈই হেন্না নুংশিজবা
করি লমদা লৈবগে নঙবু ঐগী থবায ওইবা
কবম্বা লম্বীনে' চংকদবা নঙগী ননাক য়োনবা
যেক্কবগী খুত্তগী কৈদৌঙৈ ঙংনি নাম্ভোবচবা
নুংশিবা নঙগী নকাদা কৈদৌঙৈনো য়োগদবা।

ইম্ফাল
ফেব্রুয়ারী ১৯৮১ ইং

১০৯

# অমদি লৈরি

থিজরি নঙবু এৈহাক্না মফম খুদোং শুনা
য়েংজরি নঙবু এৈহাক্না মায়কৈ খুদোং শুনা
হংজরি মীপুম খুদোং কদাইদনো নহাক্পু
কৌজরি মতমপুম্না খোঞ্জেল পোক্লিমখৈ নঙবু।

লৈবরা নঙদি মিংয়েংগী য়াংমদা নঙদি উত্তমদবা
নহাক্না লৈফমদি মফমগী য়াংনবা য়েংঙনদবা
শকখঙদবা নঙসে মীপুম খুদোং খঙঙমদবা
না পঙনবা খোঞ্জেল পুশনা য়েংঙনদবা।

পঙহারত্তা হায়নৈ মখোয়পুম্বা নঙবু অহুনি
নহাক্না অপোনি, মনিংনা অহুনা অদানি
কনাগী বানা অচুম্বলো কনাবু থাজনি
থনফম খোক্তুনা য়াথলনি হায়ফম খঙদ্র' য়ায়ামনি

থম্মোইনুংদা খঙই এৈনা লৈরি অমদি
থা জার অমদি লৈরি খঙদে কদাইদনো অহুদি

ইম্ফাল
মে ২২, ১৯৮১ ইং

১১০

# ঐগী থৱায়

হে থৱায় ঐগী থৱায় কৈদা লৈবগে নঙবু
মফম খুদীং মতম খুদীং থিরি তত্তনা নঙবু
মালেম মালঙ থম্নুংদা করি লমদনো নঙবু
ঈশিং নুংশিৎ লৈমায়দা আকাশ পাতাল লৈন্নুংদা

হে থৱায় ঐগী থৱায় করি লমদনো নঙবু
ঐনা কৌবা তাবরা—উবরা ঐনা য়েংববু
করি লমদা কদাইদা তাকউ নঙনা ঐবু
ঐসে নঙবু থিরিয়ে খঙদবরা নহাকপু ?

গোলোক বৃন্দাবন য়ায়দনি মণি মন্দির নুংদনি
যোগপিঠ কুঞ্জরাজ ঙাম্হোইরিবা অনিনি
খুয়া খাদা তুজরি ইকোক নোঙ্না হঙ্গংলি
তিঞ্জগেনে নখুয়াদা লৌশিনবীয়ু ননাইনি।

থিজরকপা ঐহাকনি ফংজরেদো ঐগী থৱায়
ফংঙমদ্রবা নখোয় অনি ওইরমলে ঐগী থৱায়।

ইম্ফাল

মার্চ্চ ১৯৮১ ইং

# নঙগী নশক নখোল্লা ?

থরানলক্কা লোংলিবা তাইবঙ পুক্লীং শুঙ্কাৎপা
মীওইবনা পামজবা থাখলন্নুংদা খঙ্গবা
অনিগুদবা নহাক্লী মিংকম হোংবা য়াদবা
ঐগী থম্মোই হুবনি হায়ভমদনা ফজবা।

নশক উদে নখোল তাদে কদায়দনো নঙবু
মালেম্মা লৈরকঙৈ লৌশিং তারকঙৈ মীওইবনা
থক্করকই কদাইদনো লৈশেম্বা মপু নঙবু
মুনি ঋষি কয়ানা তৌরক্লি হোম জপ লেপ্তনা।

খঙজগে নঙগী লৈফম তা-জগে নখোল নঙগী
য়োজগে নঙগী নাক্তা উজগে নশক নঙগী।
য়েন্নহৌঙৈদৈই ঙসিফাওবা ননাক্তা কনা য়োথ্রবা
কনানা নখোল তা-থ্রবা কনানা নশক উথ্রবা ?

নুমিৎ থা থরান্না ঙাল্লিবা অমম অঙান অসিনা
লেঙলি পাল্লি অসিনা নঙগী নশক নখোল্লা ?

ইন্দ্রাল
মার্চ ১৯৮১ ইং.

১১২

## চৎলি খোঙদি থাংলি

লেঙদবা উপালনা লেঙলে তাংজবী উবীনা লেপলি
লোইনাইদ্রবা লম্বী খমলে চোকথর' খোঙদি থাংলি
আকাশ সুন্দাই ৱাংমনি ৱাথলগী ঙমথৈ ৱাংমদা
তপ্না কিনা থাংজিল্লি খোঙথাফম খঙদ' লমদা।

অওইবদি খঙদনা লৈরমগনি খল্লিদা
হায়খি কনাগুম্বনা মতম কুইরবগী মাঙদা
লৈরি অমা মিংনা য়েংঙমদনা ফজরবা
থম্মোই হুবা মহাকনি মাদি শুকলেঙ লেঙদবা।

কদায়দনো নহাকপু অমুক লেঙবা লৈত্রবা
য়েংজনীংবা শক্তমনি ঐহাক্কী উজনীংবা
নঙগী মায়কৈ পাংজবী ঈথৌ লাংবী ঐহাক্কী
ৱাথলগী ঙমথৈ ৱাংমদা আকাশ সুন্দাই ৱাংমনি।

লেঙদবা নঙনা লেঙলে তাংজবী ঐনা লেপলি
লোইনাইদ্রবা লম্বী খমলে চোকথর' খোঙদি থাংলি।

ইম্ফাল

এপ্রিল ১৯৮১ ইং

# চওহনখিদে হায়দো

সাধুনি সাধু লাইনীংবগী মকোকনি
লম্বোইবশিংনা কৌনৈ মাবু "মহারাজ"
দনানা হায় মহাকসে গোস্বামীনি।
লোইয়িন খমইন কয়া ইন সাধু মহারাজ
য়েংলি তা-মনা তাকলি তত্ত্ব চেলাশিংদা
হায়নৈ কনা নৈ মাগুম ধর্ম্ম চেল্লবা;
শূদ্রগা চাবা তোম্বা খোইজংদে ত্তদা
গুইতমদে চেলা সাধুগী ধর্ম্ম নৈবা।

সাধুনা হায়খি—"লাই নীংদনা মহ ক্র "
মখোয়না হায—"মাদি ধর্ম্ম লেপ্তবনি "
লাইবৈবাক্কী সোরারেনগী অমরাপুরনি
ধর্ম্ম নৈবা পরায়ত্তগী তিন্নফমনি।
তরাম ওকখি তোম্বা কৌশিনখি কোহুংদা
চওহনখিদে হায়দো সাধু মহারাজ মতোমতা

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮১ ইং

১১৪

# লেঙদনা লৈরি ঐদি

মায়গৈ তরা ওন্দুনা লৈইনা কোয়না য়েংলিবা
রাখল ঙমথৈ ৱাংমদা থম্মোই খোঙথাঙনরিবা
আকাশ সুন্দাই ৱাংমদা তপ্পা তপ্পা চৎলিবা
কদায়দা করি য়েংনা কনা থিবা চৎলিবা ?

পণ্ডিত কয়ানা লাউরি "খঙঙু ঐ নঙ ফংনবা"
ভক্ত কয়ানা শোল্লি "মিংতনা অথোইবনি"।
খঙদে ঐদি করিনা চুম্বা কনানা লানবা
ঐহাক ওইনা লৈরিঙৈ অচুম্বদু খঙনীংলি।

কনানো ঐবু তাকপীদোবা শক্তমদো অচুম্বা
থিবা তাবরা মাবু রাখল ঙমথৈ ৱাংমদা
অহৌ-অরোই লৈতবা পোকপা শিবা নাইদবা
মাবু য়েংবা তাবরা আকাশ সুন্দাই ৱাংমদা।

"ঐবু থিরিবা। য়েংউ থম্মোই লৈকোন য়ায়সিদা
লেঙদনা লৈরি ঐদি নীংনবা মন্দির নুংশিদা।"

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮১ ইং,

১১৫

# গুরুনি ঐদি

করি নুমিত্তনো অতিয়াগী লৈচিল মুৎকদবা
করম মতনদনো মালেমগী অমম্বা মাঙথিদোবা
করম কান্দনো আকাশ মঙালনা থনগদবা
কৈদৌঙৈ পুংলনি লৈগী দলাই স্বর্গ চংননবা

কনানা থাবিনি কৈরাক লৈগী দলাই কাননবা
কনানা চিংখৎপিনি শাগল পায়না দলাই থক্তা
কনানা পুবিনি দলাই শাংলবা লক্ষ্মীসিদা
করম লান্থোক্নী ঙম্ল' লক্ষ্মীসি তিংথংনা থল্লবা।

কনানো লমইন পেনা থোংলিবা মাঙদা চৎনা চৎনা
নংহৌররোই কনানো ঐগী শাগন পায়না চিংলিবা
কনানো নঙবু ঐগী দলাই পুরিবা শকউদবা
লৈচিল থাংদ্রে অতিয়া কাবকলে দলাই ব্রাংনা ব্রাংনা।

কনানো অমমলক্তা লমজীংলিবা তোয়না তোয়না হংজরি।
লাউরকলি আকাশ মঙাললক্তা "নঙগী গুরুনি ঐদি."

ইম্ফাল

এপ্রিল :০৮. ইং

# "করম লাল্লসিগে"

তোর্বান রাংমদা লেপ্লহুনা থাপ্পা
কৌরকলে ঐবু খুংলাম তোয়না
ভা-রক্লে খোঞ্জেলনা থল্ল' নাকোংদা
তোপ তোপ্পা খোঞ্জেল খোয়থুম্ন-শুক্ষাৎপা।

"হে ঐগী নুংশিরবা! লাউ লাউ ইনাক্কা।
উজবি য়াম্ন-য়াম্ন শক্তম-লক্তা
শেংফাভিন'—তোপ তোপ নোংহৌ ভম্বা
করম চংসিগে ননাক্কা য়োঁজনীংবা।

করম লাল্লসিগে পাক্ল' ঈপাকসে
হৈজদে ঈবোইবা লৈজদে পাঙ্গল
হিংসিস্থ মল্লে ঘুরে ইকায় কায়রে।
থংজদে কনানা শাবিনি হিনাও।

নখোলনা হিনাও শার' নশক্লা লমজীংবা ঐসে
নশক নখোল তুংইন্না লাঙ্গরগে ঈপাকসে।

ইন্দ্রাল
মে ১৯৮১ ইং

## ১১৭

## “গৌরনীতি”

ঐগী ঐগী হায়বসিনা লাইশোন্নি পুনশিচুপ্পা
তাইবঙ খোঙদারকপদা হান্না থিখি কৈদনো ঐগী ইমা
জ্ঞান তারকপদা হংখি কনানো ঐগী ইপা
চাউরকপদা থিখি ঐগী চান্নবী ঐগী চান্নবা।

পুনসিচুপ্পা তাল্লুই ঐগী লন ঐতগী ইচাগী ইশুগী
নোংমা কাংদে থিরুই চুম্লুই ঐতগী শুপ্পগী ঐতগী
ঐনা নোমলি-তাল্লি পূম্বসে ঐতগীনি ঐতগী
অহাউ অথুম মুঙাইবা ঐতগীনি ঐতগী।

ঐগী হায়বা থিদবা কনা লৈবংগে তাইবঙদা
পুম্নমক অরেম্বনি হায়রিবা মুনি ঋষি মথোয়সু
সংসার থাদোক্ল' যোগীসু থিরি মথোয়গী লেঙদ'লন
তাইবঙ মপু হরিগী শ্রীচরণ নীংথিবা।

ঐনা হায়রী হৌজিকসু ঐতগীনি শ্রীহরি
শিরে হিংলে তানথিনি ঐগী লনসে লেঙদবা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

১১৮

# য়াররোই লৈথহোবা

মিংথক্লা ফজবী মালেমসে য়েংবগী পেন্নাইদ্রবীনি
অনৌবা য়েন্নীং অশংবা ফিজোল ঙাঙ্গানবা অতিয়া
থাবলনা থুম্মাংলবা অহিং ফুগায়না শাংলবী লৈরাং
শুম্মাংনবা শক্তম বয়া কাউবরোইদবা শাথেক্লী।

ব্রহ্মানা পোকঙমদবা মীওইপোক্লী য়েংহুনা লৈজখিগে
য়েংবগী পেন্নাইদ্রবা শক্তম কয়াসে মালেমসিগী
পামজদে স্বর্গ পামজদে আমরাপুর লৈজনীংদে লাইরৈবাক
ঐবু কৌবিন্নু ঐবু পুবিন্নু থম্বীরম্মু য়েংজখিগে মালেমসে

তা জখিগে হুংশিরবা শুব য়েংজখিগে ফজরবা শক্তম
তা-বগী পেনবা নাইদ্রবা য়েংবগী ওকপা লৈত্রবা
অমম্বা লৈত্রবা মালেমদা লৈবিবা মঙাল্লনা থল্লবা
হায়জরী নঙোন্দা চানবীযু ঐবু লৈজহৌখিগে মালেমদা

মতম্না কৌরি মহাক্লা চিংলি শাগন লাক্কুনা
য়াররোই লৈথহোব মালেমগী ফজবা য়েংহুনা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ই·

# চির বসন্ত লৈরি।

পুনসিগী বসন্ত চৎথরে কদাইদা
তান্নরি ঐহাক্না ফংগনি কৈদা
হৎলি থিরি মফম খুদীং লেপ্তুনা
চৎথ্রবা নঙবু ফংনীংন' ঙাওর' ঐনা।

য়েংউ হৈপাল লৈপাল অনৌ য়েন্নীং হুল্লে
কুমগী মতম ওইবদা বসন্ত লাক্লে
হায়য়্ ঐগী বসন্ত চৎথরে কৈদা
অমুক লাক্লরোইদ্রা—কুম ওইরবদা।

চির বসন্ত অমরাপুর লমদমদা
নন্দন কানন পারিজাৎ পরেং থোনবা
লাইরৈবাক্কী দেবতাশিংগী লক্তা
লেঙনাইদ্রবা নঙবু ঐনা পামজবা

ফংদ্রবস্থু মপোকসিমা মালেমদা অমুকহন্না
মাঙনাইদ্রবা পুক্নীং চির বসন্ত লৈরি থম্মোইদা লেঙদনা।

ইম্ফাল

মে ১৯৮১ ইং

## ১২০

# লাকহন্নীংদ্রবা

ঙাইরি লাঙতক্লনা লাকহন্নীংদ্রবা নঙবু
কৈদৌঙৈ লাক্কনি খঙঙমদে কনাস্থু
হায়নৈ লাক্কবা লৈতে অমুক্তুং নঙনা
ঙাইবা তাবি নহাকপু লাঙতক্লনা

কনানা কৌই নঙবু লাকপীরো হায়না
কনানা হায় লাকখিন্নু থুংল'মক্তা নঙনা
মখোয়না হায়নৈ উনগনি নঙগা
অরোইবা মতমদা পুনসি পোলোইদা।

খঙবা শুকঙম ঙমজদে ঐহাক্কদি
অরোইবা লৈবরা লোইনাইদ্রবা মতমগী
পোলোই লৈববা লোইনাইদ্রবা পুনসিগী,
য়েলহৌঙৈদৈই লৈরক্নী লেঙলি পাল্লি।

করম কান্দা মুংগ্রবগে পুনসি করম কান্দ। লোইগ্রবগে মতম অতুম অতুম ওইনমক ঙাইবা তারি ঐহাকস্থু নঙবু লাকহন্নীংদ্রবা।

ইম্ফাল

জুন ১৯৮১ ইং

# কৈদনো থব্রায়

নোংমা নোংমগী মী কয়া কয়া শিব্রি
নোংমদি ঐস্মু শোয়দনা শিগনি।
শিরগা কদাইদা লৈ কৈদা চৎলি
কনানা ঙমখি হায়বা কব্রি লমদা চৎখি।

'সিমদি খঙই মালেমদা 'মুক লৈত্রে
অশিবা হকচাংদি মৈ থা-খ্রে ফুমখ্রে।
মখোয়না হায় থব্রায়দি শিবা লৈতে
হকচাংসিদি ভুৎ মঙাদা তিনখরে।

থব্রায়গা হকচাংগা অমত্তরা তোঙানবরা?
ঐহাক্কা থব্রায়গা অমত্তরা তোঙানবরা?
হিংলিঙৈদা থব্রায় হকচাং ঐহাক অমত্তনি
শিরগা থব্রায় হকচাং ঐ করম তোঙান তোঙানগনি।

ঐ লৈ, ঐগী থব্রায় লৈ ঐ লৈতে ঐগী থব্রায় লৈতে
শিরগা ঐদি মাঙখ্রে থব্রায়দি কৈদা চৎখরে।

ইম্ফাল

জুন ১৯৮: ই.

১২২

# ইথন্তা চৎলে

হুন্দোক্লমলে ঐগী হকচাং, তাহ্নুনা লৈহৌরে মালেমদা
ঐদি চৎলে মালঙগী য়ৌনাইদ্রবা শাংল' লম্বীদা
ইচা ইশু শাগে ঙাই মরূপ মপাং কনা লৈতে ঐহাক্কী
মখোয় লাকই মরুপ ঙাইনি হায় কপ্তে নোক্কে ঐনা উরি

য়েংই ঐনা করি থনম্মী সনা লুপা কোল-লীক
ফি-রোল, লোম্না ফোংনা পায়শিন্নখি মহৈ মহৈ
য়েংনরি মখোয় মশেল—কনানা করি পায়খিবা
কুপশিনবীদে ঐগী হকচাং অঙৌবা ফিহুনফাও ঐনা থনম্বা।

হুন্দোক্লমলে পূম্নমক মালেমদা ঐদি চৎলে ইথন্তা
তাইবঙনা পামনৈ ঐগীদমক তেংথাশিন্না রাবিবা
তোর্ব্বান য়াঙবীথন মশম মনা ইফা-ফা
খোঞ্জেল লোনা খোম্থাংয়ৈনা হৌনা নেম্না তেংথাবিবা

কনা লৈতে ঐহাক্কী ইথন্তনি লাকখিবা
ইথন্তা চৎলে হুন্দোক্লনা পূম্নমক মালঙগী শাংল লম্বীদা।

ইন্দ্রাল
জুলাই ১৯৮১ ইং

১২৩

# য়েংলি নোকলি

ঐগীনি মালেম ঐগীনি স্বর্গ
হায়রি তত্তুনা মপু শাবনা
সনা লুপা হিরা মণি মুক্তা
ঐগীনি ঐগীনি ঐতগীনি
নখোয়গী নত্তে নখোয়গী নত্তে
মাগীস্থ নত্তে মখোয়গী নত্তে
ঐতগীনি ঐগীনি ইথস্তগীনি
হায়রি তত্তুনা মপু শাবনা।

মপু শাবা কয়ানি মখোয় মশেল মুন্নরি
অমগা অমগা য়ৈনরি শুনরি হাৎনরি
অমনা অমুক ঙমলি অমনা অমুক মায়থীরি
অঙম্বনা মতম খর লাগুরি মাগী ওইরে 'পুম্বসি
নোক্লা ফম্না হায়রি লেম্নরি মায়কৈ শুনা
থাঙ্গৈশেংবা মপুদি য়েংলি নোক্লী থাপ্না লৈহুনা

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮১ ইং

১২৪

# "ঐবু কৈদনো"

"ঐবু কৈদনো, কদোমদনো করি লমদনো ?"
কিনা য়েংলি মায়কৈ শুনা—কৈদনো কদোমদনো ?
মাঙদা চাকশিল্লক্লী লম্মৈনা লমজাও খোম্না
য়েং-ওই শুক্ল' ঙ-ম্ল লোকচপনি হিংফম লৈতনা।

তাংথক নাইদনা হোৎচিল্লক্লী তুংদা খুৎলাই পায়বা
"কদাইদনো কদাইদনো ঐনা লোৎকদবা ?
চঙজক্লান কনাদা হায়জরুনি কনাই 'ফম
ঐবু কনবীয়ু ঐবু কনবীয়ু পীনৌ চঙজফম।

লঙজকবা পাপনা চঙজফম লৈত্রবা ঐনি
পাপনা থল্লবা হিংবগী কাম্নদ্রবা ঐনি
পাপকী চৈরাক কিবনা শিনীংদ্রবা ঐহাক্লী
হায়জকনি কনাদা থিজরুনি চঙজফম কৈদা।

চঙজফম লৈত্রবৈই চঙজফম পাপীশিংগী লাম্নফম
নখোঙখা কদাইদনো কৈদৌঙৈনো য়োগদবা ঐনা।

ইম্ফাল
এক্টোবর ১৯৮১ ইং

# লৈহুন্

পুনসিগী অহানবা ঈথক ইরাংলক্কা
হুরা মিংচি মেজরাপনা হৈশিংলবী
থম্মোই তার' খুংখং তোয়ন-খংলকপদা
রাখলগী শৈহৌ ইশৈনা নিনখিবী ;
থম্মোই থম্মোই নিক্কবা নৌরবা সংসার
অনৌবা লৈবোন শেমহুনা লৈরাং চার
থাখিবদো চেকশিন্না—লাইজ খিক্কা
মালঙ লৈহুন তন্নবা থবায় য়াওনা ।

মিংথকপী তাইবঙ উরুবদা হান্না
পোইনা কঙাওনররবা নঙ ঐনা
কাউগ্রবদা তাইবঙ শেম্বা! মপুগীনি
লৈহৌসনু মালঙ লৈহুন ইহুৎশিন্না
শন্দোকসনু মুংশি লৈনম তাইবঙ ছিন্না
মাতনা লমজীংনি তাইবঙ লান্না লম্বী ।

ইম্ফাল
ফে: ১৯৮২ ই:

১২৬

# করি য়াথংনো

চৎলুরগা থাপ্ল' লমদা য়োরুরগা মনাক্তা
তমজরুরে নপান্ড ঐনা ; হংজরকই মঙোন্দা
তাকপীবা ব্রাহং কয়া চিথজদে অমত্তা!
য়েংজরকই ইমিৎ পেন্না তাউরতুনা ব্রাথল 'মদা।

শেগায়রবা থাংপোক্লী লৈমায়থক্তা ওলহৌই
কংল' ব্রার' মহাক্লী মোমোন নোক্লা লৈহৌই
তরঙদনি তরঙদা নহাক্তগী ব্রাথলনি
নখোন্তবু তা-বনি নহাক্তবু উবনি।

উজরকই নহাকপু মাগী নাক্তা লৈবম্বা
সিদা লৈবা নহাক্লা আদা করম লৈবম্বা
নহাক্লীনে মহাক্তো নঙমকনি উজরকপা
মোমোন নোক্লা নহাক্লা কৌরকপদাই তরাম্না

মাস্থ সিদা লৈরমলে নঙগী নাক্তা লেঙদনা
করিগী তাকপী ঐঙোন্দা অশুক ব্রানা চৎলু হায়না।

ইম্ফাল

মে ১৯৮২ ইং

১২৭

# "খঙনীংলকলি"

হিংবগী মহাও তংলুরে ; লৈরুরে মফম খুদীং
চারুরে চিঙ্গাক খুদীং শেংলুরে ফিজেৎ খুদীং
যেংলবে শক্তম খুদাং তারুরে শৈহেক খুদীং
শোক্লুরে শোকফম খুদীং থেংলুরে থেংফম খুদীং।
খল্লুরে ঐনা খঙদবা লৈত্রমাল্লে হায়না
নীংলুবে ঐনা উদবা অমা লৈত্রে হায়না
খঙবা উবগী লোইনাইদ্রবা তাইবঙনুংশিদা
খল্ল খল্লুবগা হন্না লাঙংরুবকই পুরুীংদা।

তংনীংলকলি মহাও অহু ঐনা খঙনীংলকলি
মহাও অহু অশিবগী, মহাও অহু তাইবঙ ৱাংমগী
মীনা হায়বা নঙনা ইশামক্লা খঙনীংলি।
থৱায় হকচাং তোঙানবরা অশিবনা কদাইদা
হকচাং য়াওদ-থৱায়না কন্নি লমদা কদোমদা
খঙলুরগা মহাওদো তম্নীংই অহিংবশিংদা।

ইন্দ্বাল

মে ১৯৮৫ ইং

## ১২৮

# শিদব-লক্তা

মালেম লৈকোইপূং তাইবঙগী শান্নপূং
লৈইনা লৈইনা শারী জগোই নমু পোং
মালঙনা তান থাই মতম্না য়ৈরী পূং
পূংগী পূংলোন চা-ন শারো জগোই।
হাপলো জগোই খুৎথেক মালঙ তাম্বাদা
পেলহল্লো মিৎ শিদবশিংগী নঙনা
কায়হনগন্নু তালদো শারো কাইদ-কাইদা
পূংলোন কূংলক্লে শারো মিৎথক্লা থুনা।

পূংগী পূংলোন চা-না শারিমথৈ জগোই
মালঙ তাম্বা কায়দ—হাপলিমথৈ খুৎথেক
শিদব-লক্তা, নহাকম্নু শিদবনি
কায়রক্লবদা পূংলোন জগোই খুৎথেক
মালঙ তাম্বা তাল হেক কায়রক্লবদা
শিদব লক্তে নাম্বখিনি অশিব-লক্তা।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮২ ইং.

১২৯

# মাঙদ্রবা

কদাইদনো, কদোমদনো করি লমদনো
তাইবঙগী রাংমদরা মালঙগী রাংমদরা ?
অহাঙবা আকাশতরা লৈমুংগী ময়ায়দরা
কদাইদনো করিদনো ঐহাক্কী পোলোই।
অহীংবগী অরোইবা লৈতবা মালেমদা
ঐগী অহীংবা এগী কদায়দনো অরোইবা
অহৌবা অরোইবা লৈতবা মতমমুংদা
কদাইদনো ঐহাক্কী অরোইবা মতম।

মীনা হায়নবা নত্তনা, নত্তনা খন্নবা
নত্তনা পঙথন খনবা নত্তনা পঙহায় হায়বা
লৈবরনে অরোইবা লৈবরনে অহৌবা
ঐ অমা লৈত্রবসু লৈরি ঐহাক অমা
লৈরি লোইনা চিংখদনা নঙ মা
মাঙথ্রবসু নঙ অমা লৈত্রবসু মা অমা।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮১ ইং

১৩০

# "লমথুংফম"

পোকপদগী চৎলক্লি লম-খঙদ্রবা মালেমদা
উকু-তা-রু চৎলুরগা লমদম খর, ঐহাক্না
খঙলে উরে পুন্নমক ইথন খঞ্জে ইপুক্তা
ঐগুম খঙদ-কনাদা তাক্লি তৌকলি অখঙশানা।
কদাইদনো পন্থুংফম কদাইদনো পোল্লেফম
লমজীংবনা কনানো, তুংইনবনা কৈদনো?
য়েংলুই থিরুই হোৎনরুই ইল্লসিন্না মখোই তুং
লৈরমদরে কনাসু চাননা খঙলবা লমথুংফম।

লমথুংফম য়ৌন-লম্বীসু অচুম্বা কনা হায়ঙমদে
মানা মানা থাজবা লম্বীনা খ্বাইদৈ হেনবনি
মশা মশানা লাউরম্মী অচুম্বতদি মখঙদে
ঐগীসু ঐনা লেপকদ্রা লমথুংফম থুংন-লম্বী
লমথুংফমসু খঙদনি থুংনা-লম্বীসু উঙদে
চৎলি ঐনা মফম খুদীং লেপফন ঐগী লমথুংফমনি

ইম্ফাল

জুন ১৯৮২ ই',

# ১৩১
# য়াম্না ৱাংলি য়োৌগদবা

অতুৈঙ ঐখোয় অনি চংমিন্নখি
লমজাওদা লমহাঙদা চীংদা উমংদা
ঐখোয়'নি থৱায় তানা নোক্নীন্নখি
লৈকোন্দা মাঙ্গোলদা তোর্ব্বান ৱাংমদা।

মফম খুদীং মখোয়না উখি 'খোয়বু
মফম কৈদা ঐখোয়' উখিদে মখোয়বু
নঙনা চংলি ঐনা ইল্লি, নঙনা মাঙদা
ঐনা তুংদা, নঙনা ঙইদা ঐনা য়েত্তা।

চংলি কোয়রী ঐখোয় অনি লেপ্তুনা
ঐখোয় অনিতনি অনিত্তা নোক-খেনা
খল্লম্মী লৈরমদ্রা য়োৌদবা মফম
হায়রম্মী লৈরিদ্রা চঙবা লমদম।

তা-খি লাউরকপা থম্মোই কায়না শেং বায়না
"ৱাংলি ৱাংলি য়াম্না ৱাংলি য়োৌগদবা"।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

# লৈতেহৈ-অরোনবা

নোকপগী খোঙ্জেল কয়া ঐখোয় 'নিগী
অরোনবা রাবী কয়া ইবানিগী
বাত্তনা তা-রম্মী মখোয়না লোই-না
খঙলম্মী হায়দোকখিদ' বা ফাং ঐখোয়না

ঐখোয়না খল্লুই অরোনবনি অরোনবা
ঐখোয় অনিতগী কনাস্থ খঙদবা
চৌক্লবা মফমনি মীনা উদবা
মম্লবা কাদনি মঙালনা য়েংদবা।

শুক্লবা উমংনি মীবাংখোল তাদবা
হাঙলবা লমহাঙনি উ-ফাও হৌদবা
হায়নখি ঐখোয় অনিতনি অনিতা
নোকখি হায়খি—ঐখোয় অনিতনিকো।

লাউরকখি থম্মোই কায়না শেং কায়না
"মালেমদা, মালঙদা লৈতেহৈ অরোনবা।"

ইকবাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

১৩৩

## "কৈদনো"

কনাদবু হংলুসিগে
করি লমদা থিরুসিগে
চৎকনি কনা লোয়ননা
খোঙশানসিগে করম কান্দাঃ

হংনফমনা কদায়দনো
থিরুফম্না কৈদনো
লম ফাংলবা তাইবঙদা
লম্বী লৈত' মালঙদা

চৎফম খঙদ'—খম্নুংদা
চৎকদগে করম কৈদা
কনানা ঐবু লমজীংনি
কনানা মৈৱা পায়বীনি ।

লমথুংফমনা কৈদনো
ফনা থিবা চৎতৌরিনো ?

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

১৩৪

# লোইবা তারবরা তাইবঙ চেঙজেল

লোইবা তারবরা তাইবঙ চেঙজেল ঙসি ঐগী
থাদোক্লম' তারবরা ঐনা পামজর' ফজ্জ মালেম
চৎপা তারবরা থাদোক্লুনা তাইবঙ অসি
খঙলবরা ঐদি চৎকনি করি লমদা কদোমদা?

তাইবঙগী কবম মফমদা মালঙগী কবম মায়কৈদা
খমুং করি লমদমদা কয়া থাপ্পা কবন্না
কদাযদনো চৎকদবা য়োৗগদৌনা কদাযদা
লোইবা তারবর' তাইবঙ চেঙজেল থাঙ্গৈশেংনা?

লমজীং মৈবা পায়বিবা গুকনা তাকপা লম্বীদা
ইখুৎ পাযনা চিংলিবা লমজীং মাগী তুংইন্না
লন্নাইদ্রবা খমুং লা-ম্না লমখঙদ্রবা মালঙদা
লোংনবা লমদম য়োনবা তিনখিনবা 'মত্তা ওইনা।

চৎপা তারবরা থাদোক্লীংদ্রবা তাইবঙ থা-না
মুৎখিবা তারবরা মুৎনাইদ্রবা শোয়দনা।

ইম্ফাল
অক্টোবর ১৯৮২ ইং

১৩৫

# নোক্লী পেঞ্জনবা মথন্নতা

হুরু হুরু লৈইরি—ফন ফন চোংলি
মশা মউ থেকলি মথুং মশা হাইরি,
চোংনা চোংনা লানলি কোয়না কোয়না চেল্লি
করি মতৌ কৌবনো চেপ্পা চেপ্পা ময়েংলি।

করিনোনে তৌরিসে হাইনা হুন্না মচংলি
মরক্তা অমুক মরেপলি—হাইফেং যোমোন মনোক্লি
করিনি হায়সিগে—মমিং থংন-ময়েংলি
মচিনবানস্থ লেঙলি অমুকস্থ মমিং শুক্তোকলি।

নত্তে, নত্তে পঙলৈই লৈইবা নত্তে, নত্তে পঙচোং চোংবা
নত্তেকো পঙথেক থেকপা—নত্তেকো পঙচেন চেনবা
য়েংবা নত্তে মরম লৈত—নোকপা নত্তে ইচম চম্না
মিং থত্তে শুক্তোক্তে; চিনবান লেঙদে ইরায় লায়না

তাল-লয় চানা, মফম মতম য়েংনা মতমগী চক্রেদা
লৈইরী-চোংলি-হাইরি-নোক্লী পেঞ্জনবা মথন্নতা।

ইম্ফাল
ডিসেম্বর ১৯৮২ ইং

১৩৬

# কৈদৌঙৈ য়ৌনি ঐনা

কদাইদনো কদোমদনো কৈদৌঙৈনো ঐবু
চৎপা হৌগদবা ফাংলবা লম্বীলকসিদা
চৎকদবা লম্বীসু অমত্তনি অমখক্তা
চৎকদবসু ইতোম্মতনি ইতোম্মতা।

থিজরিব ! কদাইদা কৈদৌঙৈ ফংনি নঙবু
ঐদি ইথন্তনি, নঙবু থিবা চৎলি লম্বীদা
লমলোঙ মঙা ফাংবদা মায়কৈ মঙা মক্রুদা
মখোয় মঙা মকসিনা মতম অমত্তুদা

চিংলে ঐবু খুৎপায়না পাঙ্গল থেক্লা নৌহৌনা
করি ওইরসিগে ঐবু করম তৌনি ঐনা।
ঐদি ইথন্তনি য়োজনীংবনি ননাক্তা
পুনসি ঐগী থোঙচৎনি য়োজনবা ননাক্তা।

লমজীং মৈরা ইঙান ঙান অমম্ববু মাঙহন্না
মখোয় মঙা নমঙৎনা কৈদৌঙৈ য়ৌনি ঐনা।

ইম্ফাল

ফেব্রুয়ারী ১৯৮৩ ইং

## ১৩৭

# লেপত্রি আশা

ঐগীদি লায়রি—নহাক্কী করি ?
অপাম্বগী লোইবা নাইদে ঐগী।
চৎপ্রবস্থু লোয়নররকপা পৃম্বা
ইতোমতা ঙায়হৌরস্থু ইতোমতা

আশাদি লোইদে ফংখিনি থল্লি
পীবিগে থল্লিবরা নহাক্কী
পীথোক-পীশিন তাইবঙনি ঐহাক্কী
পীনিঙাই লৈবি নহাক্কী করি ?

পীবতনা নশিন্নি নহাক্কী
লৌবতনা ইথৌনি ঐহাক্কী
কবি অমুক শিন্ননি নহাক্কা ?
লোইবা নাইদ্রবা অপাম্বা লক্কা

ঈবোইগি থিগি লেপত্রি আশা
লোইখিনি—মং খুৎন ফংল-ফাওবা

সোনা
সে: ১৯৮৩ ই:

১৩৮

# খঙবীবা নঙনা ঐতদি

ফাওই হায়নৈ—"শেগাক কায়না শেগাক কায়না"
কনানা কৌই মাবু—"অশাংপা হো অশাংপা !"
য়োঁদবা লৈতে উদবা য়াওদে মফম পুম্বা
হায়নৈ—আ-দা লৈহৌবা—সিদা করম য়োঁরম্বা ?

ফাওই ফাওই শোয়দনা শেগাক কায়না অওইবা
খঙদ-উদ-লৈতবা "অশাংপা—হো—অশাংপা।"
নুংশিত্তবু তোংবরা মঙালদবু নেংপরা ?
কোচিন কোয়া থাক্তনা মফম খুদীং য়োঁবরা ?

মালেম মরোল মরোলদা মালঙ মপৈ মপৈদা
মঙ্গং মরোল খুদীংদা মতম খুদীং মক্তুদা
নঙনা য়োঁদ-লৈতবা—নঙবু খঙদ-য়াওদবা
থীনা-ফজনা শোন্নবা—"অশাংপা হো অশাংপা"

নঙবুদি খঙনৈ মীপুম খুদীং—পামজবনি ঐনদি
নঙতনা ঐবু খঙবিবা—খঙবিবা নঙনা ঐতদি।

ইম্ফাল
ফে: ১৯৮৩ ইং

# "চংলি কোয়রি খিরি"

মালেমস্তু ঐনি ঐস্তু মালেমনি
অকোয়বা মালঙনি অহাঙবনি
তুমিৎনা থানা থোকলি মালঙদা
অমম অঙান শিন্নরি মালেমদা

হায়য়্যু কনা কনানো তুমিৎ থা
কনা কনা ওইনি অমম অঙান
করিগী মমলি ঙাল্লি মালেমদা
অমম অঙান লৈতরা মালঙদা ।

ঐস্তু চংলি কোয়রি খিরি মালঙদা
মালেমস্তু কোয়রি হাঙলবা মালঙদা
তুমিৎ থাস্তু কোয়না চংলি মালঙদা
পুম্নমক খিরি মঙলান্দা তাইবঙদা

অমম অঙান পুম্নমক্কী তুংনফম
ঐগা লোয়ননা মালেমগী হৌরকফম ।

ইম্মাল
মার্চ্চ ১৯৮৩ ইং

## ১৪০

# য়োগনি শোয়দনা

তাইবঙগী ঐ ঙসিদি ওইরে মালঙগী ঐ
তাইবঙ ঝাংমদা মালঙ লম্বীদা চৎলি ঐ
মালঙনি তরঙনি শুন্দনি অহাঙবনি
লম্বী লৈতে লমথুংফম খঙদে অহুবু চৎলি।

"কনানো ইমাঙদা মৈরা পায়না চৎলিবা?"
কনানো ঐহাক্কী খুদাং পায়না চিংলিবা
কনানো নঙবু ঐগী লম্বী তাকপীরিবা?
"ঐনি নঙগী গুরুনি নঙগী লম্বী তাকলিবা।"

ইল্লকউ ইতুং লেপ্তুনা য়োদ্রিফাও লমথুংফম
য়োরগনি লমথুংফম খ্বায় পুম্বা তিন্নফম
"তাবীয়ু ঐগী গুরু নঙবু খঙবরা লম্বী?"
য়েংউ মাঙদা চৎলিবা মানা ঐবু লমজিংলি

মানা ঐগী গুরুনি মাগী তুং ইল্লি ঐনা
নংস্থু ইল্লকউ ঐগী তুং য়োগনি শোয়দনা।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮৩ ইং,

# "লম্বীসু মহাকনি"

থন্নায় ঐনা চৎলি, তু.দা ইল্লি লমজীংবগী
মহাক্না গুরুনি তাক্লী চৎতৌ লম্বী ঐগী
চৎলি, চৎকনি গুরুনা তাকপা লম্বীদা
চৎকনি ইখুৎপায়না চিংলিবা মাগী লমজিং তুংইন্না

খঙলবরা ঐগী গুরুদি লম্বী অদু চৎকদবা?
"হায়বীয়ু গুরু! কনানো মাঙদা চৎলিবা?"
ঐগী গুবনি চৎলি ঐসু মানা চিংবা লম্বীদা
গুকসু চৎলি মাগী গুরুনা চিংবা লম্বীদা।

মাসু চৎলি মাগী গুরুনা চিংবা লম্বীদা
মাসু চৎলি মাগী গুরুনা চিংবা লম্বীদা
থ্বাইগী মাঙ থাাববা ইহান হানবা গুরুদি লমজিংবা
কনা নত্তে মহাক্তি মহাক্নী মালঙ তাইবঙ শেমলিবা

মাতনা খঙই লমথুংকম মাতনা খঙই অচুম্বা লম্বী
মানি মহাকনি লমথুংকম অচুম্বা লম্বীসু মহাক্নী।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮৩ ইং

১৪২

# খনখিনি

হন্দক্কী মপোক—নহানমুক্কী মপোক
হন্দক্কী মপোক হয়েংমুক্কী মপোক
মপোক অহুম্লক তরেৎলক তবাবক
পোকখিগনি ঐহাক মপোক কয়ারক ?

ঐসে কনানো করি লমদগীনো
ঐসে করিনো করিগী লাকপনো
কনা ওইরম্মী—করম্বা মপোকনা
বয়া কুইনা মালেমদা লৈখিদৌনো ?

চৎখিনি কদাইদা কৈদৌঙৈ কদোমদা
পুক্নীংনা নীংবা লমদম রাখলনা শেম্বা লম্বাদা
অপাম্বগী তুংইন চৎখি লৈখি য়ৌখি
খঙ্গে, খন্নে নীংনৈ, হিংলিবা মীপুম খুদীংনদি।

মঙলা তাইবঙলা রাখল্লা—অহিংবনা করি অশিবনা করি
ঐনা কবি
মঙ নত্তে রাখল নত্তে, ঐ লৈরি, ঙাঙলি চৎলি খল্লি
মথং মথং অতুম খনখিনি।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮৩ ইং

১৪৩

# উগনি চৎকদবা লম্বী

নঙগী নয়ুমমক্তদা নঙনা মীতোপ ওইরবা,
নঙগী সমাজ মনূ দা নঙবু নশক থঙবীদ্রবা,
নঙগী য়ারা তা-রগা থাক্লা থাক্লা নোক্লবা
নঙগী নচা নশুনা নঙবু থৌগইরক্ত্রবা ;
থুনমক থাদোক্লো য়ুমদো কায়নরো নচা নশুগা
লাপথ্রো থাপথ্রো সমাজদগী নঙবু নশক হঙবিরগা
খোঙশাল্লো অমুক পল্লনু, পঙথরনু নচা নশু উবগা
ওইবদা নঙনা মীতোপ নঙগী নয়ুমমক্তদা।।

ওইকরো চাক্লবন্দা নঙগী য়ুম মীওইবা সমাজদে থ [illegible]
যেংলু, কোয়ক [illegible]লু বন জঙ্গল চীং-মান [illegible]
উকরগা হৈপাল লৈপাল উ-রা থেংন [illegible]
[illegible]লুবগা শাবনা কাল্লেন মুংশা নোংজুগী [illegible], [illegible]
উকনগা বসন্তগী উনৌ-রানৌ, [illegible]

[illegible]

পেঙ্গগনি, খঙগনি উগনি চৎকদব [illegible]।

[illegible]

[illegible]

# কৈদনো নঙবু হে নুংশিথোইবা

কৈদনো কৈদনো নঙবু হে নুংশিথোইবা।
শুক্লবা উমংনা কূপ্পবা চীংদোনসিদা
ঙরাংতা নিল্লম্মী নঙগী নুংশি খোঞ্জেলনা
কদাইদনো নঙবু হে চান্ন-থোইবা !

চীংলোন মাপল লান্না তুরেল তরেৎ
শাৎলুরে থিক্লরে নঙবু চান্নথোইবা
কৈদনো কৈদনো নঙবু হে নুংশিথোইবা
মালেম লৈকোইবুং সাগর ঈরম তরেৎ

করিগী লোৎলি লোন্না ঈনুংবুংদা
চীং নুং লোক্লুং লৈয়তঙ্গায় লক্তা
উরী উনা উপাল-রাপাল চীং, পাৎ তুরেল
লমহাং তুহাং লৈচিল নোংফাই থা-থরান

নুমিৎ কয়ানা তাকলি নঙগী লৈফম
করম লোৎনি নঙবু নুংশি-থিজ মাঙদা।

খোবাল
আগষ্ট ১৯৮৪ ই'

# ১৪৫

# থিজরি ঐনা ফংঙমদ্রবা নঙবু

থিজরি ঐনা ফংঙমদ্রবা নঙবু
অঙাং নাৱা গুইরিঙৈ খঞ্জে ঐনা
লৈরম্মী নঙনা ইনাক্তা লেঙদনা
হংজরি তত্তনা কৈদনো নঙবু ?
লোৎখ্রে নঙদি অপাম-পামদ-খঙলকঙৈ
মাঙখ্রে নঙদি লৌশিং তারকঙৈ ঐনা
লৈরমদ্রে নঙদি থিজরকপা ঐনা
খঙদরে ঐদি উগনি কৈদৌঙৈ।

নঙগী লৈফমতদি তাকপীয়ু নঙনা
নঙগী নখোলতদি তাহনবীয়ু নঙনা
তাকপীয়ু লম্বী ননাক য়োননবা
চৎচগে অৱা অনা খঙদ—চেন্ন চেন্না
য়োহনবীয়ু ননাক্তা হে ম্রোঙমদ্রবা
চিংশিনবীয়ু ঐবু নঙগী ননাক য়োনা।

খো'ল
সেপ্টেম্বর ১৯৮৫ ইং

১৪৩

# কৈদনো হে উঙমদবা

নখোলদি তা-রে নশক্তি উদে
কদাইদনো নঙবু হে উঙমদবা
ইনক নক্কা ইনাক্কা লৈগুম তৌই
থিরুবে ফংদে—খঙ্গি লৈবরা য়োঁউঙমদবা লমদা'
শউমদি ফংলে কৈদৈনো খঙদে
তান্নবৈজে ঐনা আকাশ সুন্দায় ফাওব।
খোঙ্জেলনদি তাক্লি ইনাক মক্কা লৈ
ফংবা লৈতে য়োরফাও খোঙথাফম খঙদ-লংদা

থল্লে মালেমসে খোঙ্জেলতনা নঙগী
খোন্থোক খোঙ্জেল খুদীংনা নঙ ওইবাদি
কৈদা লৈবগে নঙবু হে খোঙ্জেল মপু
উংপীয়ু নশক হে খোঙ্জেল হৌফম ওইবা
গগন অঙান আকাশ পাটাল পুম্বৈই মপু
হায়বীয়ু কৈদনো—হে উঙমদবা।

থোইবাল
অক্টোবর ১৯৮৪ ই

# শোয়ফদ্রবা লম্বীনি

ঐহাক চংলি, চংকদবনি লেপনা
ঐসু অমনি লেঙ্ডাল পাল্লি লক্তা
করম্বা লম্বীদা চংকনি ঐনা
করম্বনা খ্বাইদৈঙ্ হেনবা লম্বীলক্তা

হায়নৈ চংনদনানি মশামগী লম্বী
সাধু যদিন পাইদ্রে ভিক্ষুক কয়ানা
হায়রি নাইঙ্ মাং মশামনা অথোইবনি
নম্বা মশম চংকনবা ঐনা ।

লেঙ্ডাদনা হিগৈনই চংনবা লম্বী
মানত্তা ডায়রী খর্দ মীওইবা ঐগী
হইরমলে অনৌবা ঈশ্বরনা শেম্বীবা
লম্বী সিংগুনি—পোকপা-চাওবা-শিবা

চংকদৌনি লম্বীসিদতা শোয়দনা
শোয়ফদ্রবা লম্বীনি লাইনা তাকপা ।

থৌবাল
অক্টোবর ১৯৮৪ ই

# যুগ যুগ কয়া লমজৌংলিবা নহাক্নী

যুগ যুগ কয়া লমজীংলিবা নহাক্নী
নহাকী নঙাল ফংলবা নহাক্তী
ওইহল্লি নঙনা মৈরা পায়বা যুগকী
উৎলি মৈরানা যুগতুগী চৎতৌ লম্বী।

নঙনা শান্নরি নঙাল থাদোক থাজিন
নহাকী নঙাল নহাক্না হেক চিংশিন
মুৎথিদো মৈরা মৈরা পায়বতুগী
হৌথরে হায়নৈ যুগ অমা মহাক্কী।

যুগ যুগ কয়া লমজীংলিবা নহাক্নী
মুৎনাইদ্র' লেঙদ্র' নঙাল নহাকীনি
থাদোক থাজিন চিংথোক চিংশিন নঙগীনি
হায়নৈদো মহুনা নঙগী লীলানি।

হায়বীয়ু থোইথোইবা 'সিতনা ওইবরা নঙগী অপেনবা
লৈহন্নীংদবরা নঙগুম্না মুৎনাইদ্রবা মঙাল অমা।

থৌবাল
নবেম্বর ১৯৮৪ ইং

# মীচঙ মীথায় নাইবা ঈশ্বর

ঈশ্বরদি মীচঙ মীথায় নাইদে অচান মীরায় লৈতে
বেদ পুরাণ কয়াদা ইরি বাইবল কোরাণসী বানি
মুণি ঋষি কয়ানা ফকির পাদ্রি পূম্বনা
তত্তনা হায়রি—মাদি মীচঙ শঙ্গন অচান-মীরায় লৈতে

য়েংউ য়েংবা হৈবা—পাকশম্ম শন্দোকপ্র' মালেম মালঙ
তারো তাবা হৈবা—অচৎ-চত্তে খোঞ্জেল পূম্বা
খেন্নবা লৈত'—অচান মীরাই নাইদ' পীরি মান।
লেঙলী পাক্লি' পূম্বদা—মানা মানা পামজবা।

অতুবু ঐদি য়ানিংদে শুকয়ামক য়ানিংদে
ঐনা হায়নীংই—মাদি মীচঙ মীথায় য়াম্না নাই
ঐনা পন্নীংই—মাদি অচান মীরাই নাইদ-নত্তে
নত্রবদবু করিগী কৌনি মাবু ভগত বৎসল।

ঈশ্বরনা হায়দ্রা—বেদ পুরাণ বাইবল কোরাণদা
"ঐদি ভক্তেই মনাইনি লেঙদনা লৈ ভক্তেই নাক্তা"।

খেগাল

নবেম্বর ১৯৮৬ ইং

# নঙনা ঐগী পূম্নমক্কী

ঐনা মুপা ওইরগা নঙনা ঐগী মুপীনি
নঙনা মুপা ওইরগা ঐনা নঙগী মুপীনি।
ঐনা অঙাং ওইরগা নঙনা ঐগী ইমানি :
নঙনা অঙাং ওইরগা ঐনা নঙগী ইমানি।
ঐগী ইমানি ইপানি নঙনা ঐগী পূম্নমক্কা
নঙগী নচানি নশুনি ঐনা নঙগী পূম্নমক্কী
লৈভরি নহাক্কী ওইনা থবায় হকচাং পূম্নমক ঐগী
তাম্নোকপীনু অমুক হন্দোকপীনু থাপ্পা নডোন্দগী।

হোনবীরো নিংশা মুংশিং ওইনা হকচাংদা
চেনবীবো নঙনা ঈ ওই মফম পূম্বা হকচাংদা ;
উজগে নঙবু তন্তুনা মঙাল ওইনা মিংমান্দা ;
তা-জগে নঙবু লেপ্পুনা খোঞ্জেল ওইনা নাকেংদা
নমজগে নঙবু মতমপুম্' লৈনম ওইনা নাতোন্দা :
ফংজগে নঙবু মফমপূম রস ওইনা লৈভোন্দা॥



খোবাং
ডিসেম্বর ১৯৮১ ইং,

## অইবগী হান্না কোংখ্ৰবা—

১। ৱাখল্ল শৈরেং (১৯৫৯)
২। শংবানবী (১৯৬২)
৩। নির্ম্মল যমুনা (১৯৬৬)
৪। থম্মোই বিনা (১৯৬৭)
৫। লৌনম চাওবী লৈরাং (১৯৬৭)
৬। ৱোমকুদা শিকার (১৯৭৩)
৭। কায়নবদা (১৯৭৩)
৮। মংশং তানবা (১৯৭৮)
৯। অনি থোক্লবদা (১৯৮০)
১০। বারুণী ৱারেং শৈরেং (১৯৮১)
১১। জগন্নাথ পুজারী — (১৯৮২)
১২। উদ্ধবকী পাটি (১৯৮৩)
১৩। বসুমতী (১৯৮৪)